মণিপুর সরকার, শিক্ষা বিভাগনা মতেং পীদুনা ফোংবা।

# থবাতোন

অইবা :

শ্রীখোংবান্তাবম তোলহল সিংহ

তোম্বীস্না হায়স্কুল, ইম্ফাল।

মমল লুপা ২

অফোংবা—

অইবা মশা



অহানবা খুৎনম—

ডিসেম্বব, ১৯৬৮ ইং

**কপী—১০০০**

ছাপা ঃ—

ভাগ্যবতী কার্য্যালয,

চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অনিদং

'থবাতোন' দ্বুপীমচা অমগী মমিংনি। মমিং মান্নবতনি খ্বায়না খণ্ডনরিবা থবাতোন অহু নত্তে।

থবাতোন ঃ—অঙ্ক অনিগী দ্রামানি, চমথ্রবা রারীনি। করি অমতা য়াওদে। ফাগী মানবা রা ঙাক্তনি, ফাগীদি নত্তে, অচুম্বা ঙাক্তনি।

থবাতোন ঃ—রাজনিতি নত্তে। অঙাংগী রাখলনি, রাখল অহুনা নিংথৌ-রাণীগী ওইরবদি অঙকপা থৌদোক অমনি।

মীনা ঙমদবা থবক ঈশ্বরনা ঙমই। অহুনা থবাতোন মীরম্লেন লাইরম্লেন অনি পূনবা রারীনি। রাঙাং-শাঙাং অর্থ হনবীয়ু ফজদবা ফজহনবীয়ু।

লমচৎ কনাদসু তাংদে। মমিং কনাগীসু নত্তে। লাইরিক অসিনা শোঙ্গরি 'তাইবংপান্দা পোকখিবা কনাসু অপাম্বা অহু ফংখিদে, পোক্লক্কদবসু ফংদনা খাদোকখিগনি। তাইবং মীনা পাম্বা তাইবংপান্দা লৈ অহুবু ফংদে।

—শ্রীতোলহল সিংহ।

# থবাতোন

---

## অহান্বা মতাং—অহান্বা উৎপা

( অযুক্তনি, উষ'র'ণীগী ফজবা কা অমনি। লৈশাক্কী নিংথৌ ওইববী রাণীনি। মপা মমা মবুং মৌপুবা কনা অমত্তা লৈজদ্রে। চহি ১২/১৩ শুরবী মপুং মরৈ ফ'রবিনি. সি হ'সন মচা অমদা উষ'রণী ফমলি। মমাংনক্তদা টেবল, টেবল মথক্তা লাই'রিক, মুকফু, বই, কলম লৈ। মনাক্ত নক্তা টেবলগী ৱাংমদা রোবেল গার্ডিয়ান ফমলি। মকোক তাংলে, চহি ৬০ রোম শুরে—র'ঙ্ক'নতি তম্বীবতা নত্তনা রাণীবু লাই'রিকস্তু তম্বারি। র'ণীনা চংপা লৈবা মফম খুদিংমক্তা য়াওবতা নত্তনা কে'ন্নুং অতুগী অস্তুপ্পনি কা অসি লাই'রক তম্ফম ওইরবস্তু ফজবা পুম্নমক্তা লৈত্তেংই। ফমুং ক'ংথোল লৈবা মফম নত্তে। মপুং ফারবীনি অত্তু ওইত্তুনস্তু ফিজেৎ লৈতেং কয়া থোশাদে—মশা অত্তু ইহাংত হা'না উই। মফি কৌনা শেৎলি, লিক কোন শিদে, খুজি শিদে, খু'দোপ মুড্ হাপ্পা অনিথক শি। )

( মথুক্তা পায়রম্বা কলম প্রমতুনা রাণীনা হায়রকই )

রাণী ঃ—ইপু. ইপুগী চহি কয়া শুরে ?

গার্ডিয়'ন ঃ—ননাই, শিগদবা কুইদ্রে।

রাণী ঃ—কৈদৌদৈ শিগদৌরি, শিনিংলব্রা ?

গার্ডিয়ান :—কৈদৌৱৈ শিগদৌবনো খঙদে—ইচা ইশু মুংশি মুংশিরবা ময়াম অহু ছন্দোক্রমহুনা শিখিপনিকো খল্লুবদা শিনিংদবনা ইপুদি রাত্রেদা ইবেম্মা।

রাণী :—ঐগুম্বী ইপুগী নচামুপী লৈব্রা ?

গার্ডিয়ান :—ইচামুপী লৈজদে ইশুমুপী অমত্তং লৈজৈ।

রাণী :—মুংশিরিনী ?

গার্ডিয়ান :—পিক্লিভৈদা নিংঙাইনা মহানি। অহুমকপু মুংশিবনিনা শগোল শাহুনা নমগন্দা তোংহল্লিদো, পোহুনা কোইচৎ চৎল্লিদো, চাক ইল্লিদো—

( মতমসিদা রাণী মপুক্কিং মুংশিরহুনা মিৎলুদগী ঈরা শিন্থে মড় উরহুনা )

হিঃ করিনো রাজেশ্বরী, হৌনদে, নিংথৌ রণীদি রাববমু রাই হায়হৈদে, অরাবা মুংঙাইবা পূম্নমক মাথুত্তা থোক্পা ঙাক্তনিনা। রণীদি ঈশ্বরগী শায়োম্নি কপহৈদে।

রাণী :—( শাউরংননা ) কপনিংই, কপনিংই। ঐবু চাক ইনবীননবা ইপু লৈতে. ঐগীদমক্তা শগোল কনানা শাবিগনি।

গার্ডিয়াম :—ঐঙোন্দা ইপু কৌরবনিনা, ইবেম্মমু ঐগী ইশুনি। শগোলদো ঐনা শাবমুঙায়দনা, কপ্লভদি কপকমু—করারক হায়জখ্রবনো। রাণীদি প্রজা পূম্নমক্কী মমানি, মপানি, মপুনি ; অহু ওইরবদি কনা নিংশিংহুনা কৈদৌনা কপলুরনি।

রাণী :—ঐসে, মমা মপা, মপু মবেন ওইরবা ? ঐবু চহি কয়া শুরবগে ?

গার্ডিয়ান :—চহিদি তয়াহুমদোইত মঙায়রি ; বসন্তগী মতমগুম্ন ; মথোক কারকপদা মঙায়রি ; শিনফম্না অহল্ ওইবনি। রাখল রাংনা চাউনা থনবিগনি ; লৈবাক্কী প্রজা পুম্নমক ইবেম্মনা ঙাকপি শেনবিগদবনি।

রাণী :—ঐনা করিগী ঙাকউগনি ; ঐগী শামী লানমী অম্নুপ য়াম্না লৈরিবসিদি। প্রজাবু ঙাক শেনবা মথোয়গী মথৌ নত্রা ?

গার্ডিয়ান :—শামী লানমী অছুদি কনানা ঙাক শেনগনি।

রাণী :—মন্ত্রী ময়াম লৈরিবসিদি, সেনাপতি লৈরিবসিদি।

গার্ডিয়ান :—মন্ত্রী ময়াম, সেনাপতি, অতম অথৌ ময়াম অসিদি কনানা ঙাকনি ?

রাণী :—নহান মথৈবু কনানা ঙাকপগে ?

গার্ডিয়ান :—ইবেম্মনা ঙাকলকই, ইবেম্মনা ঙাকদবনি।

রাণী :—( হয়াওনা নোকতুনা ) আ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ঐনা ঙাকইবা ঐনা ঙাকদবা ( কিয়কতুনা ) ঐনা—ইপু, ঐনা কমদৌনা ?

গার্ডিয়ান— :-পাজলনা।

রাণী :—থাং তা পায়বা ময়াম অসিবু হুপী ঐনা—

গার্ডিয়ান :—লৌশিংনা ঙাকদবনি, তথা, থিজিনবা অমদি খঙবনা থাং তা ওইগদবনি।

রাণী :—ওইথোক্কবা রানি—

গার্ডিয়ান :—বিজ্ঞাম্না হায়রি ওইথোক্কবা লৈতে। লাইরিক নিংথিনা হৈবীসি, লোন অহুমদং খঙবীসি, ইবা, পাবা নিংথিনা হৈব মীদি রাখল য়াম্না লৈ। রাখল য়াম্না লৈরবদি পাজল য়াম্না কয়ি।

রাণী :- চুমদবা রানি। আকবর ভারতকী নিংথৌরেল্লনি ; মহাক্তি ইবস্থু হৈতে, পাবস্থু হৈতে।

গার্ডিয়ান :—হৈতে অতুম ওইনমক, মনাকোংনা ত গ্রবদা অমুক কাউবা লৈতবদি, আকবর শাহতনি—অতুনা আকবর শাহ মহৈ হৈবদা লাম্বা লৈতে হ'য়বা য়াই তমগদবগী থিজিনগ-দবগী, খঙগদবগী, মহাক্কী সভা অছু লাইরিক হৈবা, মখল মখলগী মহৈ হৈবা, পণ্ডিত কবি, ডাক্তনা লৈতেংই। মুমিং চুপ্পা মথোংয়তগা মরৈ য়েংনৈ।

রাণী :—অছু ওইরবদি এস্থু য়াম্না হৈবা তাই।

গার্ডিয়ান :—অতুমরি কলম অছু পায়খৎপিরো।

রাণী :—অমুকস্থু ইগদৌরিবা। ওম্নরোই, ইররোই, য়েংউ, থুদোম্বীসে মুক ভাক্তা তৈরে।

গার্ডিয়ান :—অতুদা—

রাণী :—ঐ লৈবাক্কী মপুনি, রাণীনি ইররোই, ইররোই, ইররোই।

গার্ডিয়ান :—স্না য়াথং ( মথন্তা ওইনা ) অতিয়াদা থরাম্মিচাক মরক্তা থোকই, থা থোকই, তাইবংপানগী মীওইবনা গ্রহ, উপগ্রহ, থিরি। উপগ্রহ শাতুনা থৌরাম্মিচাক মরক্তা পাইহল্লি। ( অচাইবা লোইশিল্লি ফোংনা হায়রকই ) অতুমকপু রাজেশ্বরী, রাহৈপরেং মরিদংগা ইবিরবদি ননাই ইপুনা মুংঙাইগনি।

রাণী :—হোয়নে হোয়নে ইরগেনে—ইংগ্রাজী ওইরিনিনে হংগদৌরি-বদো হাম্না পাখো—তাখিগে ইপু।

গার্ডিয়ান :—( পাই ) ডি স্পেস স্কাই ইজ টর্ণিং ব্রাইট
ডি সেটিলাইট ফ্লাইং ইন ডি স্কাই
এনাউন্সেস.........

রাণী :—ওক্লে ওক্লে ইপু ঐ তাহৌরে, কাউররোই, মকোক্কী পরেং অচু হায়না হায়না ইরগে অৎতেদি ইররোই ( মথন্তা হায়রকুনা ইরে )— 'ডি স্পেস স্কাই ইজ টর্ণিং ব্রাইট'

( মতম অসিদা মন্ত্রী অমা চংলকতুনা, নে'ম্লুক্লা হায়রে )

মন্ত্রী :—রাজেশ্বরী স্না সে'ই অমতং থোনবীননবা হুন্দৎচরি।

( মমাংদা চে অইবা ২/৩ থমই )

রাণী :—অমুকম্ন ইখিগদৌরিবা ?

মন্ত্রী :—র'হৈ অনিগী মরক্তা অমথক্তনি, ইবিগদবা—অচুগা সোই অতেম্বা অমম্বংগা থোনবীগদবক্তনি। চুম্নগী স্নাথং অমতং তাউথবীগদবতনি।

রাণী :—মরম করিগীনো ?

মন্ত্রী :—হয়েংদি ১৩শুবা রাকচিংগী অহানবা স্না মিংয়েং তাবিগদবা মুমিৎনি।

রাণী :—রাকোই তানিংজ্রে অতেম্বা অতেম্বা ক'রম্নো হায়রিবদো ঐ খওয়ে—ইপু।

পার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী হয়েংদি রাজেশ্বরী পোকপা মুমিৎনি।

রাণী :—ও ! ইপোক মুমিৎ ! ফাতুনা থম্লিবা ফাদোপশিং অদো তংখাই অমা থাদোকখো, লেমহৌবা তংখাই অচুদি হাংলো।

পার্ডিয়ান :—( পুমশক ওক্লা ) রাজেশ্বরী, তংখাই অমা হাংপা, কী অমা হাংপা তারবদি রায়েল বিচার মিংথিনা তৌবিখিগনি। হাংপবুদি কমবীবনা হেম্না চুম্বা রায়েলনি।

রাণী :—অঙাং ওইরিঙৈদা রাশা শাজে পায়তুনা অপাইবা কুরাক তায়-তায়তুনা হাংপা কয়া মুংঙাইপ্রবা মশায়নো। য়েন, ওাদু,

থুম্থু পুম্নমক মঙক পৎ পৎ কোইদৎতুনা থোংতুনা চাবা কয়াদা হাউগ্রবা ? ঈরোই, হায়েং কয়া কয়া বলি ককই— মত্থু কয়াদা মুংঙাইগ্রবা হয়াও-কুম্মে ওইরিবা, পুজা তৌরিবা যথ কাওবা কয়াদা লায়না হাংলিবা—ইপু নত্রা ঐবু বিজ্ঞান তম্বীবদা হৈত্রাং অথোবা অমা পায়হন্দুনা—ইথুং অসিনা হঙোই অচৌথা কয়া কয়া লেম্বৎহনখিবদো। লৈ লেংবী ইবেম্না কপ্পা কপ্পা হঙোই হাংহৈদে হায়খি। ঐনা হায়ী অত্থু তাবদা ইপুনা হায়খিত্রা ? 'মিংথৌ রাণীদি থম্মোই কনবা তমগদবনি—কপহৈদে'। মী হাংপা য়েংনিংই। মত্থু য়াম্না মুংঙাইবা কুম্মে অমা ওইগনি। হয়েংদি কুম্মে চাউনা উৎকনি প্রজা পুম্নমক শগোল পাউজেল্লু। কদাই। ( সহি তৌই—মন্ত্রী চৎখি ) ইপু লাইরিক ইবা ওক্রে – অহ হায়রো।

পার্ডিয়ান :—স্না য়াথং, চানবীতুনা তাকপিসি—মঙা তরুক কয়া ওই-রবনো ?

রাণী :—ঐ মত্থু হৈনদে। ইপু ওসিদি তোক্লসিদা হয়েংদি ইপোক মুমিংনিনা ঐ থবক য়াম্না চিন্দোরি।

পার্ডিয়ান :- স্না য়াথং ( লাইরিক লাইও অচাইবত্থু হৈনিংদনা লোই-শিল্লি )।

রাণী :—( টেবলদা মথুনৌংনা শৌরগা মথুৎনা চুবা য়েৎতুনা পার্ডিয়ানগী মতৌ অত্থু য়েংলতুনা ) ঐ লৈবাক অসিগী রাণীনি, ছাত্রী নত্তে। ঐগী লৈবাক্তা লৈবা মী খুদিংমক ঐবু নিংগদবনি, ওবাস্থ ঐনা হায়বা ইনগদবনি। অত্থুমকপু ইপু, ঐ অসিনা ছাত্রী অমা ওইরম্নবা, অত্থুগা ইপুনা ঐতোন্দা মঙা তরুক

কয়ানো হংথিবতু খুম্বা ভমত্রবা, অতু ওইরবদি ইপুনা ছাত্রী অতুদা করি হায়রমগনি ?

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী মচু ননাই ইপুনা হঙ্গচবা ইতিক নত্তে।

রাণী :—ইপু শাউরত্রা -(য়াথং) ঐনা হংলিবনি, য়াথং ভৌরিবনি, হায়রু ছাত্রী অতুদা করি দণ্ডি পীগনি।

গার্ডিয়ান :—স্না য়াথং। ঐনা শাউনা হায়গনি, 'ষ্টেণ্ড অপ্ ওন্ দি বেঞ্চ', ফাল মথক্তা লেপউ।

রাণী :—ও—হৌজিকমক্তি ইপুনা ওঝা ওইরিবনিনা ঐস্নু ফ'ল মথক্তা লেপ্পা তারেদনা—( টেবল মথক অতুদা লেপ্পি )।

গার্ডিয়ান :—ননাই ইপুনা হায়জবদি............ ননাই ইপুগী ইরাল ভাকপিগনি—সিংহাসন্দা লেঙশিনবীস।

রাণী :—লেপকনি, লেপকনি – ঐ থডভে, ইপুদি মীনুংশি থভবা মীভা নত্তেয়ে। ঐনা করিগুম্বা অমত্তং ইবদা চুমই কৌবদা হায়দেয়ে। করিগুম্বা অমতং খুম্লবস্নু লাল্লিদা মহায়য়ে।

গার্ডিয়ান :—স্না মাডদা রাশকচরিবা অসিনি। রাজেশ্বরীগী য়াথং অতু ননাই ইপুনা ইঙ্গগনি, চুমই অতু মঙায়রে, লাল্লে অতু মঙায়রে।

রাণী :—ইপু রাশক্লেকো ? অতু ওইরবদি ঐস্নু ফম্লগে। ইপুনা হংনিংবা অঙ্কতু হংলো, ঐ খুম্লগে।

গার্ডিয়ান :—চানবীতুনা ভাকপিয়ু। অরেৎ নিপাল কয়া ওইরবনো ?

রাণী :—ভরামঙা।

গার্ডিয়ান :—( য়ানিংদনা লোকতুনা ) চুমই চপচানা মচুই।

রাণী :—ভাইখো ইপু, হয়েংদি ইপোক শুমিংনি। থা কয়া লৈরগা ইপোক শুমিং অমুক্তা লাকনি?

গার্ডিয়ান : - ইবেম্মা থা তরানিথোংনা চহি অমনি। হৌজিক ডি-সম্বরনি। হয়ে দগী জানুয়ারী ওইরগনি।

রাণী :—মানি, জানুয়ারীনি। মথংদা ফেব্রুয়ারী, মথংদা মার্চ্চ, অতুদগী মথং মথং করি করি ওইবা, এপ্রিল, ডিসেম্বর, নবেম্বর, ওক্টোবর, জুন, জুলাই, সেপ্তেম্বর. অগষ্ট।

গার্ডিয়ান :—( রাণীনা থীরিবা থাশিঙ অতু মথুং থেকতুনা পাই ) চপচ'না থা তরানথোই চুমই। জানুয়ারী, ফেব্রুয়ারী, মার্চ্চ, এপ্রিল, মে, জুন, জুলাই, অগষ্ট, সেপ্তেম্বর, ওক্টোবর, নভেম্বর, ডিসেম্বর অসুমা মথং মনাও লৈগনি মথং মনাও কায়নবা য়াদে। মার্চ্চকী মমা'দা এপ্রিল লাকপ', জানুয়ারীগী মমাংদা ফেব্রুয়ারী লাকপা থক থেংনখিদে।

রাণী : - করিগী য়ারোই, হৌজিকমক ডিসেম্বর থা অসিদা ঐনা এপ্রিল ওইহন্নংলবদি কমদৌনি।

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী, অতুমক্তি ওইথোক্কে।

রাণী :—করিগী ওইথোক্কনি—ইপুনা ঐভোন্দা হায়দবরা? বিজ্ঞানগী মতমদা ওইথোক্কবা লৈতে।

গার্ডিয়ান :—মহৌশাগী খুৎশেমগা বিজ্ঞানগা য়েৎনবদি ননাই ইপুনা হঙ্গৎচখিদে। মহৌশাগী খুৎশেম্না তাইবংপানগীনি—রাণীগী য়াথংনা প্রজাগীনি।

রাণী :—অমুকসু মরৈ হৌররক্রা? ঐনা হায়বা খুদিংমক্তা ইপুনা য়ানিংদবগী মরম। ( শাউনা )

গার্ডিয়ান ঃ—ননাইব্ ঙাকপিগনি।

রাণী ঃ—ঙাকপা ঙাকপা, করিগী ঙাকপা, ঐ রাণীনি, নিংথৌনি, ঐনা ঙম্মোইদবা করি লৈ। মন্ত্রী, সেনাপতি।

মন্ত্রী ঃ—(চংলকই) স্না-য়াথং।

রাণী ঃ—হৌজিকমক এপ্রিল, মে নত্রগা কালেন-থা পামই।

গার্ডিয়ান ঃ—( পাখংলে, মমিং মনা তথক তথক্রে, লাইবক্তা মখুৎ থম্লে ) মাঙলে মাঙলে রাজেশ্বরী ; তাইবংপান মথক মখা ওবা তারে ; খজিক্তদি থম্বিয়ু।

রাণী ঃ—থম্ববা মতম লৈতে, রা ঙাংলিদৈদা, রাখল থবা শংদে ; ঐ হৌজিকমক, কালেন থা পামই ; নিংথম থা অসিমক্তদা কালেন থা পামই। পায়বদি অযুক্তা সুমিদাং ; সুমিদাদা অয়ুকসু কৌগনি।

গার্ডিয়ান ঃ—রাজেশ্বরী, থাজং ঋতু হোংবগী মতুংইন্না তাইবংপান্দা উরিবা উপাল রাপালগী শক্তমসু হোংগনি। হৌজিক নিংথম থা অসিদা কালেন থা ওইগদবনি হায়বিয়বদি পুথ্রীদা পাত্তা থরো থম্বাল শাৎকনি, খোংগমেলৈ, য়েরুমলৈনচিংবী উতাংবী চরোং চুম্না শাৎকনি।

রাণী ঃ—তারব্রা মন্ত্রী, হুয়েং ইপোক সুমিৎ অসিদা মেলৈ-লৈস্না থরো থম্বাল রাত্তনা পামই।

গার্ডিয়ান ঃ—রাজেশ্বরী—

রাণী ঃ—ইপুগী থবক্তি লাইরিক তম্বীবা, পাবা অদ্রুতনি। মহৌশাগী খোংচত্তি হুয়েংদগী হোংদোকে—য়েংউ।

গার্ডিয়ান ঃ—স্না-স্নাথং।

রাণী ঃ—প্রজা পুন্নমক্তা শগোল পাউজেল্ল। হয়েংগী মুমিত্তা থরো, থম্বাল, মেলৈ·লৈস্না পুরকপা মীদা সনা, লুপা নিংথৌ·ফি পিগনি। য়েন্দাহ থন্না পুরক্লে য়েন্দাই থন্না, শংবাই থন্না পুরক্লে শংবাই থন্না সনা পিগনি। মফম চাউনা থিন্দোক-পিগনি। হৌজিকমক ইয়ু, হৌজিকমক মোহর নম্মু—ঐগী ইনাক্তা পুরকউ, ঐ য়েংগে। ( চৎখি )

( ময়াম লুকথৈ গার্ডিয়ান মকোক ভাওরহনা চৌকিদা ফমথৈ। )

লাইট্

# অনিশুবা উৎপা

## চীঙলকী লম্বা ওইনা তৌই

## মুংথিল মুমিদাংরাইনি।

( মফি-মরোল শেগাইবা শেংলি—মচি মচিনা ফোংলি মাইথোংদি থম্বালগুম মকা লামই। থৌরী মচা মকোল অমা ওইথংবা লেংবান্দা য়াল্লি। মুপীমচা অসি থব''তান কৌই—মখুৎ য়েন্না থাঙ্ অমসু পায়রি। ঈশৈ শক্র শক্রনা চংলকই। মচি অমদা মতম কুইনা কোমুং খল্লক্লবা নিপা অমা ফমদুনা ঈশৈ অদু তারমই )।

ঈশৈ :— অ—হু'ঃ হা: হাঃ
নিঙ তম্মা পাইরো মালেম লৈকোই থুংনা
পোম্বী চেক্লা পূন্নমক পাইরো পাইরো পাইরো
বসন্ত ঋতুগী পামেল উনা পু বদা কোকিল নংসু খোংউ
তিঙ্গোই হানৌ মরক্তা য়ারো নংসু খোশারো
পোম্বী চেক্লা পূন্নমক ... ... ... ... ...
ইঙা নোংহৌসু লাকসনু, লাংবন ঈখোমসু নংসনু
শরৎকী থাবল ঈপোমদা অরাবা করি খঙগনি।
পোম্বী চেক্লা পূন্নমক ... ... ... ... ...
মিংথম কাম্বী লাকপদা খাব উলেন তাবদা
খোইমু নংসু পাইদেদো লৈরাংসু লোম্না শাংলিদো
পোম্বী চেক্লা পূন্নমক ... ... ... ...

( ফল্লিবা অহল অদু উবদা ঈশৈ থংতোক তোকই )

থবাতোন :—ইপল, নহানমখৈদি কদাইদা চৎলুই ? উদবা কুইরেনা। হাইমা, কল্লিবরা ইপলবো ?

অহল :—নঙগী ঈশৈ অদু তাবদা কল্লিবনি।

থবাতোন : - অ-হাঃ হাঃ হাঃ ( নোকতুনা ) ঐগী ঈশৈ অসি তাবদা কল্লিবা -পোক্কে নোকহ্রেদুনা—ইপলসু ঙাওরেদনা ?

অহল :— থবাতোন, ঈশৈ অদু নঙদি কদাইদগী হৈরুবগে।

থবাতোন :—ঐনা কদাইদগী হৈরুগনি ; মীনা শকপা তাবদগী মতৌ তমজবত্তনি।

অহল :— শৈরেং অদুনা করি হায়রিবা - মচু খঃলকপা মুখিন্তা নঙসু কপ্লক্কনি।

থবাতোন :—( থরায় শাক্লা—ফমংরকই ) শৈরেং অসিনা করি হায়রিবা ইপল ?

অহল :—ইবেম্মা, তাংবংপান্দ লৈরিবা জীব পুম্নমক অসে তাইবং মীওইবা ঐখোয় নত্তনা অতৈদি মুংঙাইরবসু মুংঙাই হায়দে, রারবসু রাই হায়দে। বসন্তদা উপাল রাপাল উচেক রায়া পুম্নমক মকা লামই। নিংথম থাদা উন্না কুপ্রবা উপাল রাপাল পুম্নমক মহৌশাগী খুৎশেম ইন্দুনা তুমিন তুম্মিন্না মতম ঙাই-হুনা লৈর। শৈরেং অদুনা হায়রি। তাইবং মী ঐখোয়দি শারবসু শারে শারে, ঈংলবসু ঈংলে ঈংলে হায়দুনা মহৌশাগী খুৎশেমবু পেম্বা নাইদেদো। অহল ওইরক্লবা মতম অসিদা বসন্তগী মতমগুম্নবী নহা ওইবগী মতম অদো কল্লকইদো। হৌজিক ইপলহোয়দি নিংথম থা অসিদা, নিংথম থাগুম্না তুফক-তুফাই চনখ্রে ; ফজবা থঙলকত্রে, অপাম্বা লৈরকত্রে

মুংডাইবা থিহুনা লৈরে নিংথমথা কেন্‌থা রারে। জীব অতৈ-গুম্না খাংবা হৈতেদকো খল্লুবদা কপ'নহুনা কপ্লিবনি।

থবাতোন ঃ—খাংবা কন্‌বা হায়নসিবু করিনো ইপল ?

অহল ঃ—মী পুম্নমক 'ঐগী হায়্না হায়নবা ডাক্তনি। মশা মশাগী মুংডাইবা থিনবা ডাক্তনি। মশা মশাগী মু ডাইনবা হোৎ-নবদা মীগী অরাবা খড়ৈদয়নি। ঐগী অরাবদি ঐতনা খঙই।

থবাতোন —হোয় ইপল ; ঐখোয়না মুক্তিগী চাঙদা ক'হুনা শিঙ্ চল্লি, এলাং কেডেঙাই ইলাং নাপী থিরি, কয়াদা রারিবা। কে মুংদা নিংথৌনা মহাক্ষীনা কয়দা মুংডাইনা লৈরিবা। মখোয়সু চাঙদা কাহুনা শা চরা অমতং চল্লবদি কয়ামুক রাবা খঙগদবনি।

অহল ঃ—নঙনা মুক্তিগী শীং চন্‌বা চাদা লাকইবসিবু নবুং নৌপুরা কনা অমতা লৈতবরা ; নঙবু পোকপা অহল অহুনা চৎলু হায়বরা', ইমানা য়াবরা ?

থবাতোন ঃ—ইপা লৈত্রে, ইমা লৈত্রে। পোকমিন্নদবী ইচে, ঐবু চানবীরবী ইমা, ইচে অহুবু পোকপী অমা লৈ। ইমুং অহুদা ঐখোয় অহুম্না লোইরে।

অহল ঃ—নয়ুমদি কয়ামুক লাপই ?

থবাতোন ঃ—আদগী তাম্না উরিবা খুল অসিদনি।

অহল ঃ—নঙগী নচে অহুদি শীং চন্‌বা থক্ চত্তবরা ?

থবাতোন ঃ—চত্তে, মাদি ফি শাবা তমই, মোজা লোন্‌বসু হৈ।

অহল ঃ—চাক থোংবসু হৈরমগনি ?

থবাতোন :—চাকতি, ইমাতনা থোংই। ইমানা থোংদবা মতমদা ঐনা থোংই।

অহল :—অতুদি নখোয় যাম্না য়ানা লৈরেদনা। চানিংঙাই তাংবা মতম অসিদা য়ারয়িনিদা ?

থবাতোন :—ঐখোয়গী লৌ য়াম্না লৈ ; ফৌস্ন ফৌকৈ চোম্লি। শাঙতনি য়াংলিবা।

অহল :—অস্নুপ শোংলবা ঊমংসিদা. অস্নুপস্নু ঈংলবা মতম অসিদা করিস্নু থংদ্রবী নহংক্না স্নুংগী শীং চনবা চংলিবা।

থবাতোন :—চন্দ্রবদ ইমানা চৈরিবা।

অহল :—অতুনি খাংবা কনবা হায়বদো। নঙনা শিন্দ্রিবা ফাউবা উ য়াগী মতৌগুম্না, ষণগী মতৌগুম্না, হুইগী মতৌগুম্না, খাংউ, তাইবংপান্দা নমিং চংকনি। খাংবা কনবা মীবু মী কৌই। ইপলদি মতু ঙমদ্রে।

থবাতোন :—ইপলবু নথস্তা কৈদৌরিবনো ?

অহল :—থবাতোন, হয়েংদি রাণীগী মপোক স্নুমিংনি। ছত্র মানবা উ-পাম্বী পুরকপা ঙমদ্রবদি, ইপলবু শিন্দ্রিবা ফাউবা ফাদোপ থমগনি হায়রীরে। থিবা হৌনবা থিরুরে ফংদ্রে ; ইপল শিরসিরা থল্লিয়ে।

থবাতোন :—ঙম্নবাদ করি পীগনি হায়বগে ?

অহল :—করি পীরুগনি ; মতম অস্নুপ কুইবসে কোম্নং শেনবা সেনা ওইজররক্লি অসি মঙায়, মীনাইনি। কয়াদি লুপ্লে ; উপাম্বী অদো মপুং মরৈ ফাগদবনি, রাণীগী সিংহাসন্দগী হেন্নগংলা

রাংবস্থ য়াদে। রাণীগী চৈরাক ফংগদবগী শরুকপুদি মক্ষম অসিদা শা·কৈনা শরাক ভম্নথিবনা হেন্না ফরে।

থবাতোন :—করিস্থ রারুম্থ ইপল, উপান্থী অহুবুদি ঐ পিক থন্না পীগে। ইপল, রাণী অহুনা উপান্থী মচা অহু পামলিবহু করিগীনো ?

অহল ঃ—ঙশা মচা অহুদা লাইফদিবী, ফিজেৎ অভাংবা অশংবা, নাপু, অরংবী য়ানগনি, থাওমৈ মচা মচা থ'নগনি, উপান্থী মখোঙহুদা মমান্নবী কয়ামুকা শান্নগনিদো।

থবাতোন :—( নোকতুনা ) অহা—হা হা হা— হৌজিক ফাওবা রাণী অহু লাইফদিবী শান্নরিবোইরে, চাকখোংবাদি শান্নদবরা ?

অহল :—শান্নরিবনে, রাদবু রাণীন হায়বতনি, নখোয়গুম্বী লৈশাবী মচানে।

থবাতোন :—ঐখোয়দি শান্নদবা কুইরে। খুংগোকপি চাকখো বীককা হায়বহুবু পুমকাউবু কাউরে।

অহল ঃ—নোংঙানবগা লোং খেন্বা, ইনচিংবা, শীঙ চন্বা, ইন্সাং থিবা চৎপী নখোয়দি কদাইদগী শন্নবা শংগনি। রাণীদি শান্ননিংই শান্নে, তুম্নি ই তুমই। মঙোন্দা কনা অমতনা থোদাবা ঙমদে ; তৌদ বীননবস্থ লৈতে। নিংথৌ মহারাণীনা লৈত্রবা তুংদা মহাক্না রাণী ওইহোরে। হৌজিক্তি লৈবাক অসিগী প্রজা খুদিংমক্তা মহাক্না য়াথং তৌবা ঙমই।

থবাতোন ঃ—অহুগা ইপল, রাণী অসিস্থ ঐগুম্না মপা মমা লৈত্র-বোইরেকো ?

অহল :—লৈত্রে।

থবাতোন :—ও ! ওম্বোকপনিদা ।

অহল :—চৎলো ইবেম্মা মুমিৎ অসি তাশিল্লকদোরে। নংগী থবক অদু পাঙথোকহৌড্রবদি নমা ইবেম্মনা শোয়দনা চৈবীগনি ।

থবাতোন :—অদুবু ইপল, ইপলগী ছত্র পাম্বী হায়বদু ঐ পীগে, ঐগা চৎলুসিদনা ।

অহল :—কাম্নদ্রবা ওইররোইদবা রা অদু ঐঙোন্দা হায়রগনু। ঐনা থিগদৌবমখৈ থিরুরবনি ।

থবাতোন :—ইপলবু ইনক নক্লা উরিবা লোকমুং অসিদা চংউরব্রা ?

অহল :—অঙাওবী, অসিদবু মী কনানা চংউনি হায়বগে। মফম অসিদি লাইরেল লৈ, শা-কৈ শওম্না থল্লি, লায়কোন্নি হায়নৈরে চংউ-লাকউনুকো থবাতোন ।

থবাতোন :—ঐদি ইত্তত্তনা চংই। য়েংঙোই ইপল, মফম অসিদা শুরুংগুম্বা অমা লৈয়ে। শুরুং অদুদা ফাউজিন্দুনা চৎলবদি চীং অসিগী রাংম য়োরে। চীং অসিগী রাংমদা ফজরবা হৈকোল লৈকোল, পুখ্রীনচিংবা লৈয়ে। পুখ্রী অদুগী মপান্দা ছত্র পাম্বী ময়াম হৌরি ।

অহল :—ওসাইরাইদি, শা-কৈ লাকদ্রা কিরমই। হৌজিক্তি নঙবুনা হেন্না কিরে।

থবাতোন :—শা-কৈনা কৈদৌরগে—কৈস্নু তৌদেদা। য়েংঙোইবা রারগা চাননবা চয়োম হেক হেক পুই হায়বা। ঐনবু চয়োম থোক্ল-বদি মথোয় অনি অহুমদি হেক্তা লাকই। নত্তে, কৈ হায়সিবু মী চাবরনে ?

অহল :—থওদে থওদে ঐ ।

ফজবী :—মতম নত্তুনা মেলৈ লাংগমু ইবেম্মা। চৌজকপু কপাইদা থরো থম্বাল শাংলি হায়বগে ? র নীনা লঙনবত্থম ওইরিগনি।

শকহেনবী :—ফাগী নত্তে, ইমাগী থল্লু, সনা থুম্মোক অমবু কংলবদি ইমা ইগাগী লাইবকসে কয়াদা ফরবনো ?

ফজবী :—ভুমিন লৈযুহে, সনা পামত্রা হায়ববু অরেম্বদা নথবায় মাঙগনি। অ'দগী লাকচুং অসে কৈ য়াম্ন, লৈ হায়নরিবনি। (থেমজুনা) ক'কও, লাকও ইদাগা হল্লসি, হয়েং অয়ুক ভত্তা ইমা ইচা চংজুনা থিরুসি, ইচাদি মরম ওকখ্রে।

শকহেনবী :—অহু ওইরগা ইমা চংলুদনা।

ফজবী :—অস্তুপ ঈংবা, অস্তুপ শোঙবা উমং আসদবো ইমাবু শিরুরোরা ?

শকহেনবী : কিরবদি কৈদোনা থাম্লিবনো ?

ফজবী :—তাইবংপান অসিদা ইমাগী হাযববু নঙতনিদো', নঙতবু ইমানা মুংশি—লাকও হল্লসি ইবেম্মা।

শকহেনবী :—ঐদি কনা অমতা মুংশিদে। ঐনা য়াম্না হেক মুংশিরিবদি সনা-লুপা। খ্বাই পুম্নমক্তগী ইহেন হেন্না মুংশিজবদি ঐগী থরায় অসিতনি। লৈ থিবা নত্তে, সনা থুনবা চংলিবনো।

ফজবী :—অপঙবী, চীংলক্তবু থরো থম্বাল শাংলি কনানা হায়বগে ?

শকহেনবী :—চীঙ্গোলসিগী ৱাংমদা পাৎ অমা লৈ হায়, মহুদদি পিক থম্না শাংলি হায়রে।

ফজবী :—কনানা হায়রিবা ?

শকহেনবী :—থবাতোম্না।

ফজবী :—( মথবাক নৈতুনা ) ইমাইপেম্মা, অহু ভাম্না চৎকদৌরিবা ?
নিপামক্না চৎপদস্থ হল্লকপা ঙম্মোইদৌবহুবো ?

শকহেনবী :—অহুনবু হৌ জক্না চৎলিবনি, অহু নত্রবদি হয়েং নংবা ঙম্মোইয়ে।

ফজবী :—হাই ! মনঙবী অহু ওইরণা, থবাতোন চৎহনবস্থ ঙ'য়না।

শকহেনবী :—হল্লক্‌ত্রিব'স ন।

ফজবী :—হল্লকত্রবনি বদ'ইদ' হনখিননি, অহিং থেঙগে থেঙউ. ঙনগে ঙল্লু. চৎহনগনি

শকহেনবী :—য'দ্রবদি ?

ফজবী :—য়াদনা য়'ত্র নন্ন ভুংস'ইং ফুরাইদগো।

অহল :—ইনক নক্ল শী 'থ রবনি এসা কেংথোই হেক্রিবনি অমুক্তং কৌদনা ভ'বস্থ ময়'?

ফজবী :—চ'ইমা কন'রোনে ? নাইহুনা মীরা তারিংল্লে ( কৌই ) হে'ঃ থবাতোন থবতোন, নচবু ইম'না কৌরিব'স ভাৰবদি অমুক্তা ল'কখোঙ।

থব'তোন :—( অর'প্পদগী ) এদু কৌবা কন'নে, ঙাইহক্ত ঙ'ক্তবী-রমখোঙ।

ফজবী :—মানি, থবাতোন্ন—ঙ ইরিযে ঙাইকিন্নে।

শকহেনবী :—অহম নচদি তানবরা ? থরো থম্বাল থুম্মেক অমা পুরকপা ঙম্বা মীদা সনা থুম্মেক অমা পিগনি হায়না পাও-জেনখিবদো ?

অহল :—লৈপাক্তা হৌবা পাম্বাদগী হেন্দেকনুনা ঈশিদা লৈবা জিব মখোঙ পানবা অপাইবা জিব, অঙম অঙম্বা হাংতুনা চানৈ।

তাইবং মীবুস্ন কম্নক্না লৈনা শাতিং চাবা জিবশিংনা মচিঞ্জাক ফুইনা নাৈন। ঐখোয় মীনি শিবা কিন্না ফ মুগনি। ঐনা ঙম্বা অনাং তাইরিবনি।

শকহেনবী :--( কবহুনা ) ইমা চৎলগি।

অহল :—সনা থনগনি হায়হুনা লাক্গা কিহ্না হল্লগরা ঐবুদি কিক্ন, এ দ ঐগোন্দ চীকপা তুমিং ক্রাও কাওবা হাৎপা ঙুমজদ্রে।

শকহেনবা :—ইংকোনা কিজক্কনি—ইমা, থবাতোনবু মী থুদিংমক্না কল্লকই ফজে, মতৌ লেংবদা থোইরাংই হায়নৈ। মফি শেগাইনা অকেংপা শেংহুনা লৈরিবাসে নংিপু উদমাল্লে তাইবং মাসে ?

অহল —কম্বনু কএক্তবা, অপাম্ববু নিহৌদবা কনা য়াওবগে মপান- থোংদনি মশক থীরবসু চম্প্রাসে মগুণ লৈথ্রে।

শকহেনবী :—ইক ফজমন্দুনা ঐবু লৈকাম্বনা শকচেনবী কৌই অদু- মক্তনা থবাতোন থবাতোন্দা মপাৱনৈ।

অহল :—ইবেম্ম, ফুংদি-হাওদি মরক্তা লিংখৎলকপা ফুগাইনা শাৎপি থম্বাল নুঙাংবী চাম্মনিপালদো মশক ফজদ্রদো। অতিয়াদা পোক্লিবা থরান্নিচাক ফজথ্রবশিংসে মুমিদাংরক্তদা থোকপা থবানা হেন্না ফজদ্রদো, অহুনা ননাওগী মমি থবাতোন কৌইদন।

ফজবী :—অঙাওবনি অঙাওবা, করিসু কিক্সু—( মচান্নপীদা )।

অহল :—গমলাদা হৌবা সনা সজাইদা কংবা, লৈনম চেন্দবা লৈশিং অদো ফজ-ফজনা শাৎথ্রে, মখোয়দো তিংখং মরক্তা শাৎপি

থবাতোন :—মন্থ মীনা ভস্বা হৌনদেদা—চৎকে হায়রগা ইমাগা ইচেগা চৎলু।

কজবী :—ঐখোয়দি কৈদৌনা চৎলুনি, নঙদি মুত্তিগী চৎপনিনা মফম খঙফম থোকই। নহাক তঙাইফদনা চৎকদবনি। হয়েং মুমিৎ চিংখৈ হুক্ত্রিবৈঙদা লৈ শিং অদু পিগদবনি।

থবাতোন :—থিরুদবা য়াদে হায়রগনা হয়েং অয়ুক ভস্তা থিরুরগে। মমগা মমদে, কদাইদা শাৎপগে হায়বস্থু খঙদনা কমদৌনা চৎকনি ?

শকহেনবী :—চৎকেরা চৎলোইরা অহুত্তা হায়যু।

থবাতোন :—তঙাইফদে হায়রবনিনা ইচেগা ইবানি চৎসিদনা।

কজবী :—হুম—অদু য়াদে; নথস্থা চৎকদবনি।

থবাতোন :—ঐবু শিরো হায়বনিদন। ঐদি করিগী চৎকনি সনাস্থু পামজদে লুপাস্থ পামজদে।

কজবী :—নঙগী করি রাৎহন্দুনা, করি পামথিগনি ? নোংমতং চাক শোয়বদা মমা পোক্কবীনা মগা পোক্কবীবু চরা হেলহল্লে অসিত্তনি।

শকহেনবী :—সনা থুম্মোক অমা হায়ৎসিবু ফাগীগী থবক্লা ? সনানা ময়ুং কাবা ইম্নকি, শোরারেন পক্লা রাংবা দোলাব, মিৎনা য়েংবত্তদা খুরু-খুদক কুম্না ঙাইগদবা মীনাই, মহু নঙ পামদবা— সনা অত্থনা শগোল শামু লৈপদৌবনিনেহে, মী পুম্নমক ঐনা নোকপদা নোক্কদবনি, ঐনা কপ্পদা কপকদবনিনে, মহু নঙ পামদবা ?

থবাতোন :—মন্থু মঙনি ভাইবং নত্তে।

ফজবী :—করি চিন্থীবী—নশম অহু কোগোক কোক্না কোইয়ুরা ? চৎলু থুম্মোক অসি পায়য়ু। শিগে শিয়ু. চঙগে চঙউ, লৈ হায়রিবদো পুরকপদবনি নত্রবদি ফজবী ঐগী ইগুণ খণ্ডলোইদ্রদো।

থবাতোন :—ফরে ফরে ইমা! কদাই থুম্মোক অহু পিরো চৎলুরগে। ইমাগা ইচেগা য়ুমদা লৈবীরম্নো। ফংদ্রবদি অমুক হল্লক্ল-রোইকো ইমা! ( থুম্মোক পায়হুনা চৎখি। )

শকহেনবী :—শোয়রে ইম৷ শোয়রে, কৈদৌনুংদম্ব হল্লক্লরোইদবনি—লৈ অহু যংলবহু স্নাদি থবাতোন্না ফংখিবা তারে—ঐসু চৎলে ইমা।

ফজবী :—(মচাবু ফাহুনা চৈহৎলি) কদাইদনোহে অভাওবী ? হৌজিকপু কদাইদা থরো থম্বাল শাৎ ল হায়বগে ? অপঙবী কয়া কুইনা পঙখিগদৌরিবনো ? য়োং মীনাই শোক্তোংবী অসিদা হল্লক্তবা ল'ই খুক্লংম্মা, হনম্ব হল্লক্লরোইদবনে, শা-কৈনা শরাক তম্নথ্রগদবনে। মাদবু শিবীখ্রবদি অস্পুপ য়াম্বা লৌ-শিঙ ময়ামসে নঙগী ঙইহৌরদৌবনে সনা থুম্মোক অমনা কৈদৌদগে।

অহল :—মহুনি মহুনি, ইচা শেমদনা মীচা শেম্বা হৌনবরা ?

ফজবী :—নশিল লৈতে অহল, নখুকউ অনিগী কারক্তা নমাই লোৎহুনা ভুফক ভুফাই লৈগদবগী শকপুদি নয়ুমদা হল্লো, নচা নগুগী মতৌহুম য়েংলুও। ( মচানুপী চিংহুনা পুখি। )

---

## অহুমশুবা উৎপা

চীংলকৃ নি... ন, ( থবাতোন চংলকই )

( মঙ্গনা করগুম্বা অ ত উব্রে । ইচিক চিকই, করিগুম্বা খোঙ্গেল অমতা ত... শন্ত হায়বত্ত ওইরিগ বোই নীংবা মুগা মচা অমা মশেল ... ইনা জগোই শ...গুম ম...বগুম মমাং থানা চংখি । থ... হংতুনা কোংনা চংখ । তাইহাক অত্তুদা লম্লক্ষী শা... চিক্রকই । ... থবাতোন কিদনা থক থক নিক্লে, ... ম...ক্তা ঈংবনা তরং ... চিশিল্লে । তথক তথক চংল ... পেংজল্ল, খে জিল্লি হায়ত্তনা হন্‌দোকই অমদা অমু... পল্লে কিবনস্ত মতা অমা ওইগ্রে । লাউরকই ।

থবাতোন ঃ—'উমং অগি... গুম্বা ইবুং ইপুরা লৈরবা ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু । ... হানখিবা, থেংনা সুমদা হনবা, চীংদা শিন্দাবা কনাগুবা লৈবরা ঐবু অমুক্তা লম্বী তাক-পিয়ু ( লাউনা লাউনা তুকথরকই ) কদাইদা চংকনি লম্বীনা কদাইনো ? (লমহুই থোংবা তাই) হিক হিক কপই । ইমা— ( কপ্পা কপ্পা জ্ঞান মাঙগ্রে ) ।

( মতম অসিদা রাকচিং হায়বা থা অহু মীগী শক্তম লৌহুনা চংলকই, মমাই মমিং ভৌরোক ভৌই । ফি অথাবা অচোনবা ফুরিং লিংলি, অভৌবা মতু চোম্বা ফুরিং অমা লিংলি । মথুংনা হাইবতদা থবাতোনগী মমাদা মৈরি হৌনা মৈ

চাকই, শজিবু থা মীগী শকুম লোহুনা হাউকি অমা ইন্দুনা চংলকই। মৈ অহু মথুৎ য়াইবগুম্না তিক্লরি।)

শজিবু :—থবাতোন! গোঁগৎলো ইবেম্মা।

থবাতোন :—( থ না হোঁগৎলকই ) কনা ওইরবনো? য়া অমতা হংজগেবা।

শজিবু :—হংউ।

থবাতোন :—ঐনা উমং অ'সদা হেক লাকপগা 'নঙগী নবু' তরা'নথোই লৈ কিগনু হায়না হেক হেক লাউরকই মশক্তি অমুক্তা উখিদে। ইবুং তরানিথোই অহুগী লৈফম অহু শমুক্তা তাকপিয়ুগবা!

শজিবু :—মশক উখিদ্রিবা? মমিংদি করি করি কৌই হায়বগে?

থবাতোন :—মমিংসু ঐদি খঙদে।

শজিবু :—ঐনা অসুম তাবদা শজিবু, কালেন, ইঙা, ইঙেন হায়বা তরানিথোইথক্তি লৈ হায়

থবাতোন :—অহুদি থা তরানিথোইগী মমিংনি। ঐসু খঙই।

শজিবু :—মশকসু খঙদবা, মমিংসু খঙদবা, কমদৌনদি খঙগনি? অহুবু থবাতোন—

থবাতোন :—থবাতোন! ঐগী ইমিং থবাতোন কৌই হায়বা কনানা তাকতুনা খঙবীবগে?

শজিবু :—ঐদি চীং অসিদা লৈবা স্কুইরবনি। মকম অসিদা লাকপা মী খুদিংমক মশক খঙই, মমিং খঙই। হোঁজিকপু কৈদৌবা লাকপনো? ( মতম অসিদা মীগী শকুম লোহুনা কাইরেল লমতা চংলকতুনা মৈ তিক্লে। )

থবাতো'ন:—থরো থম্বাল মেলৈ লৈস্না থিগা লাকইবনি।

শজিবু:—হাঁজিকপো ( নোকতুনা ) অহাঃ হাঃ হাঃ তারব্রা ? রাকচিং, ফাইংগ, লমতা নচন্ মুপী অঙাওবীসিনা হ'য়রিবসে।

থবাতোন: -(শা'ই লাওই) নচন্ মুপী। ( তিংগুক্ তিগুক্ য়েংই, কপই )।

শজিবু:—আ আ আই, করিগী করিগী—নত্তে, কল্লিববু করিগীনো হায়ব লৈরিবা ময়াম অসে নদুং ভাক্তনি।

থবাতোন: ( কপ্না কপ্না নোকতুনা ) য়ম্বুং তরা'নথোই অমা, অনি, অহুম ( মরুমদা ক্লেপতুনা লৈবগুম থীরি ) মরি, মঙা, তরুক, তরেৎ, নিপাল, মাপল, তরা, তরামাথোই, তরানিথোই।

শজিবু:—মানি, মানি ঋতু তরুক্ শাইওনবস্থ ঐখোয়নি, চয়োল তরেৎ লৌওনবস্থ ঐখোয়নি, ঐখোয়বু কনা অমতনা শক্কম লাকপা ঙ-দে, নহাক্তবু ইচল ওইবগী নমাদা ঐখোয় চোংথোক্লকপনি।

রাকচিং:- থবাতোন ঐখোয়গী য়াম্বুং অহুল্লি— নমাদা লৈরিবসে, য়াম্বুং অহনগী মিনা শজিবু কৌবনি, য়াম্বু য়াইনগী মিংনা কালেন কৌই, য়াম্বুংশিংগী মমি দি নওনা খওলরিনি।

থবাতোন:—য়াম্বুং, থম্বাল কদাইদা শাৎলিবগে, মেলৈ লৈস্না হায়ববু কদাইদা ফংবগে ?

শজিবু:—কনানা থিরু হায়দুনা লাকৃইবানো ?

থবাতোন —ইমানা।

রাকচিং:—ইমানা ? করিগী, কৈদৌনবা ?

থবাতোন :– হায়রিবা লৈশিং অসে ইমানা পাম্বগী রা নত্তে  ইমানা পাম্নিবদি সনানি। হয়েংগী নুমিত্তা হায়রিবা লৈশিং অহু পুরকপা ওম্বা মীদা সনা লুপা পিগনি হায়তুনা পাঃউক্লেনখি।
( নবুং ময়াম অহু হৌতুন নোকখি। )

রাকচিং :—তাইব পান মথক মথ ওম্ফোক্নসি হায়রিবা ?

থবাতোন :– র'ণীগী য়াথংনি, লৈবাক অ'সিদদি মাগী মনিঙনি।

শজিবু :–থবাতে'ন নস্থ নিঙাই চাউমল্লি ; রাকচিং থাদবু কদাই-দগী মেলৈ লৈস্না, থরো থম্ব'ল লোক্লগদগে। নঙগী র'ণী অত্তুদি নোংমাইজিং নিংথৌক'বা মথম মথা ওম্ফেকপা ওম্নি হায়ব্রা ? অহিংদা নুংথিল ; নুংথিলদা অয়ুক ওইহনবা ঙমনে হায়ব্রা ?

থবাতোন :—ঐদি খঙদে। লৈ অহুবু ফংদ্রবদি হয়েং নোংঙানবদা ঐদি শিরগদবনি। ইমানা য়ুমদম্ব হল্লকম্ব হায়হৌরি।

রাকচিং :–নুংঙাইবনা অরাবা খঙবা হৌনদে। নুংঙাইবগী মথক্তা মহু'ক্লা হরাওনবগীদমক নঙনা চীঙলক অ'সদা নথরায় য়ে'ল্লরিবনিনে। হে মীওইবা করি লৈরগা পেনগদৌরিবা ?

শজিবু :—তুমিন লৈয়ু, তুমিন লৈয়ু ইনাও ইবুংঙো রাকচিং নিংথৌ হায়বা র'ণী হায়বা অঙাংগা পাংথক্লি মতম লাক্লগা নোংমদি খঙলক'খগনি।

রাকচিং :—অহুবু য়ম্বুগী নচন থবাতোন অসিদা মাগী রাণী অহুনা মেলৈ লৈস্না পামদ্রে নবুংগী মথরায় পামই হায়রবদি কমদৌনি ?

থবাতোন :—ঐগী ইবুং ময়াম লৈ হায়বনি মাদি কনানা হায়হুনা

থওগদৌরিবা ? রণীনা ঐঙোন্দা করিম্নু হায়খিবা লৈতে । ঐদি সনাম্নু পামদে, লুপাম্নু পামদে মনাক্তম্নু চৎলোই।

শজিবু :—ঐগী ইচন অসি য়াম্না শিংলে । থবাতোন, নঙবু ইমা অহুনা শিরুরসন্নু হায়হুনা অহিং অসিদা চীঙলক্তা থাজিললকপনি । মহুদি থঙব্রা থবাতোন ।

থবাতোন :—য়াম্মুং মহু ঐ থাজদে। ঐনা ঙস ইবুং তরানিথোই ফংজবা অসি ইমাগী থৌজানি । য়াম্মু ঐঙোন্দা লৈ শাংফম তাকপিয় ঐ হেকচকগে।

শজিবু :—মলৈ লৈস্না, থরো থম্বাল হৌজিকপো। মতমম্নু নত্তনা (তুমিন তুমিন্না লৈ।)

রাকচিং :—( ঙাইহাক লৈরগা ) অঙকপনি তাইবংপান। রাণী ওইহুনা লৈবাক প্রজাগী মবেম্মা ওইরবমক্তদা পেম্রহুনা সোরারেন অমুক ওইনিংলকই । সোরারেন ওইরগা করি অমুক ওইনিংলক্কনি । অতোপ্পবু মুংঙাইহন্নিংদে, অতোপ্পবু চাউহন্নিংদে, মথন্তা মুংঙাইনিংই মথন্তা চাউনিংই। অতিয়াদা মথোঙনা মমাঙ থানা গোংখৎলবদি মকোক্কা মমাঙ থাহুনা পৃথিদা য়েশিন্দুনা তাগনি। য়াম্মু, হায়রিবী রাণী অসিবু কয়ামুক চাউরবগে ?

শজিবু :—মাবুদি ইচন্না হেন্না চাউই। য়াথং তৌববুদি য়াথং ইনবনা হেন্না চাউই। য়াথং ইনবা কাংবুনা চাউহনবদগী চাউজরবোই নিংজবা অচৌবনি । লেঙদবা মুঙহুমদম্নু লৈমুংদা ফুমহুনা পীকথন্না লৈরি। মীওইবনা মীওইববু চপ মান্নে হায়না লৌদ্রি চিম্বাম্বোংদদি মান্নবা লৌরি । চপ মান্নে

হায়বসিনা অচুম্বা ওইরবদি লায়র অনং পূন্নমক চপ মান্ননা মবুক থন্‌গদবনি। মুমিৎ, থা, থৌরাম্মিচাক, মৈ, ঈশিং, মুংশিৎ উরব্রা কয়াদা মীচঙ মীথায় নাইখিত্রবনো জিব খুদিংমক্তা চপ মান্নবা মতেং পীবনি। খরনা মোন্দুম মোস্তেক যাওরৈ ; চাবা য়াইগা য়াদেগা কেথোক্লি খরনা মবুক্তা থন্নবা হোংনবদা মথরায় থানরি। য়েংউ নঙগী ঐগী ইচন্না তরৎ তরৎ চিংশিন্ন ঈংলবা উন্‌ মরকসিদা শেগাইরবা ফি শেৎ ইন্দুনা রাণীগী য়াথং পুক্তুনা লাক্লি, হৌজিকপু মেলৈ লৈস্না পিয়্ হায়বা হৌনব্রা ? থোগল্লেন খঙদবা মনাই ঙাক্তনা থোগল্লমগনি। ওস্তোকপা মতমদা ওস্তোকপা রা হায়রৈদা ইচল্‌না কদাইদগী লৌরুত্নুনা পিগনি ?

( ভুমিন ভুমিন্না লৈ। )

থবাত্তোন :—ঐগী ইরাললি, ফংদবরু কদাইদগী লৌরুগনি ?

ফাইরেল :—য়াম্মুংহন্নবু য়াবিরবদি করিস্ত লৈতবা থবক্লি।

শজিবু :—ফাইরেল, বসস্ত লাংওনবা—চুমই শজিবু ঐতনা মেলৈ লৈস্না পিবা ঙমগদবনি। অদুবু হৌজিক্তি রাকচিংনি, মথংদা ফাইরেল, মথংদা লমতা অদুদগীদি ইন্নাম্বগী ইথৌনিদো। নখোয় অনিবু কান্দুনা খুমাং চাউশিন্নবদি মুমিৎ, থা, থৌরাম্মিচাক পূন্নমক মাগী মাগী থোঙচৎ লানথ্রদুনা তাইবংপান্দা অমুক উথ্রোই।

ফাইরেল :—হৌজিক মতম লৈরি। য়াম্মুং রাকচিংনবু য়াবিরবদি রাংলেন্‌ মিৎনা কুপ্পদা ইচনগীদমক ফাইরেল্‌ ইথৌ লোইজগে।

লমতা :—অহিং মাকমৈনি, থামম্বা মতমনি, পোইরৈ তায়ম্নু চং-

হল্লোই ; য়ম্বুং ফাইরেলন্‌বু চানবীরবদি মিংনা কুপ্পদা লমতা ইথৌ পায়থংকে।

রাকচিং :—ইনাও অনিনা অহু য়েৌরবদা ঐদি করিগী য়ারোই ? লে-সে ইনাও ইবুঙো ফাইরেল ঋতু শেম্বা চৈ অসি পায়-হৌরো।

ফাইরেল :—( চৈ লৌই ) ফগনি য়ম্বু -

( মনু দগী )—'য়েন্নিং হুল্লো', উপাল রাপাল পুন্নমক
শিংলে, হুমলো মালংব, অচিক অশা থায়রো
ঈচল থবাতোনগীদম ক্ল, ঈচল থবাতোনগীদমক্লি।
( মুংশিৎ শিৎলি, নোং থোই )।

ফাইরেল :—ইনাও ইবুঙো লমতা ইয়াম্বগী ইথৌ পাঙথোক্লে, সে ইনাওদা শিন্নরবনি। ( রাজ দণ্ড অহু হেক লমতানা পায়বদা ময়কৈ খুদিংদা কীম্বরগে মত'ঙুম অমংবা নোংনা থাক-লাউরকই, নোংমুংশিংনা ময়কৈ থুংলকই, নোংথাংনা অঙকপা ফংলকই। )

( মনুংদগী )—'থৌরাংলবা পৃথিথক্তা খিক্লো কুমগী লাইজ,
ওনথোইরো বসন্ত মপুংগী খুংশেমদা,
ঈচল থবাতোনগীদমক্লি, ঈচল থবাতোনগীদমক্লি।

ফাইরেল :—( শজিবুদা ) য়াম্বুং ননাওগী থৌদাং মপুং ফারে ঋতু শেম্বা চৈ অসি য়াম্বুংদা কৎচরি।

শজিবু :—( চৈ অহু লৌই ) রাকচিংগী অহিং অমদা বসন্ত ঋতু মপুং ফারেঃ শাংলো মেলৈ লৈসন্না থরো থম্বাল, থোল্লো বসন্তগী লৈতেং পুন্নমক। ( ঙাইহাক্তদা উ কারোং খুদিংদা মেলৈ

চরোং চরোং শাৎলি )। থবাতোন হেকলুরো নখুংনা লাম্বা ফংবা হেকলুরো থরো থম্বাল ? কদাই কদ'ই ইনাওশা নচনগীদমক পোমশাৎনবী চরোং ভাক্তা খন্দুনা হেকপিরকউ।
( ফাইরেল লমতা থোকখি। )

থবাতোন :—( ওক্লে ) ভ'ইহাক্কী মমু দা নিংথমথ', ভাইহ'ক্কী মমুংদা বসন্ত, অমম্বদা অভানব', যক্তাম্বী ফজবা ভাক্তা কমদোনা ফজবা খন্গনি ?

শজিবু :—ইবুংগী ইবেম্মা, চীদা ক'রব'দ, নিংথম্বমু হুমাং শোগনি, অমম্বদা মতম কুইনা লৈরবদি ভাম্লবোই নীগনি। তাইবংপান অসি য়'ম্ন পাক-চাউই মহোশাগী খুৎশেমদি তমহুনা থেক্লোই।

থবাতোন :—ফজরবা মরক অসিদা, মফম অসিদা ঐ লৈগনি।

শজিবু :—মহু য়ারে'ই থবাতোন হায়গনু।

থবাতোন :—করিগী য়ারোই, ঐনা রাণী ওইরবদি কনানা য়াদে হায়গনি ?

শজিবু :—মরম নত্তনা মতম চাদনা তৌ-ওম্বা থবক পাওথোকপসে পুন্নমক্কা য়াফম থোক্তে। অমগী মু ভাইনবা হোৎনবদা পুন্নমক্তা রাহনবসে অচুম্বা পথাপ নত্তে। নওগীদমক ঐথোয়না তৌ ওম্বা থবক পাওথোকপসে মহোশাগী পথাপ নত্তে ; অমুক হন্না হায়রকনু। নওগী রাণীগী য়াথং কিহুনা অওকপা থোদোক অসি নঙোন্দ উহনবা নত্তে। লাইনা ওম্বা থবক তাইবং মীনা ওমগদবমু নত্তে। য়েংউ, নবুং রাইমবনা মেলৈ

লৈস্না থরো থম্বাল থুম্মোক থন্না পুরক্লে। ( ফাইরেলনা
লৈ পুরকতুনা থম্লে। )

থবাতোন :—ঙসিদি ঐগী লাইবক ফবনা ঐগী ইবুং তরানিথোইবু
উঙবা ফংলে। কয়াদা মুংঙাইরবা ?

শজিবু :—ইবেম্মা, ঐখোয় লৈ হায়বদ খঙউ। উন্নগনি হায়বদি
নিংলুগন্নু। অতোপ্পদ লেন্নকগন্নু, নাপল তোক্নগন্নু, নপুক্লিংদা
লৈবা বা অদো নচিনবান্দা হায়দোকত্রিভেদ। হান্না খলহোকো।
ভাকথোকন্নু মহুনা নঙগী অমাঙবা ওইগনিকো।

থবাতোন :— ঐ হায়দোকচরোই। ঐদ লায়রবীনি, ইবুংশিংস্নু মনাক্তা
লৈহন্নি দে— ইমান্নবীশিংনস্নু ঐবু তিন্ননিংদে। ( কপই )

শজিবু :— কৈদোবগী কপ্লিবনো ? ঈচলগী করিস্নু রাংলোইয়ে। ইচন্দি
শজিক্তগীস্নু হেনবীনি, থবাদগীস্নু তোমথিন্নি, নঙগী রাণী
অহুন ঙম্লোইদবতা ইচম্না ঙমগদবনে। সে, খুদোপ য়াই-
ওইবসে নঙ লোজোসে। নঙনা খুদাংথীবা তারবা মতমদা
খুদোপ অসি হুল্লু। মৈদা তাগে তাসন্নু, ঈশিংদা তাগে
তাসন্নু। নঙনা ফংনিবা অহু পন্দুনা অসি হায়না হুল্লু—

ওল্লো থল্লো খুদোপ য়াইওইবা
কৌরক্লা ইবুং তরানিথোই,
শজিবু কালেন ইঙা ইঙেন
থোকহনবিয়ু অহু ··· ··· অহু ··· ···

ফারগত্রা ? অহুগা চোকশিল্লু, শান্নরুগন্নু, করেম্নরুগন্নু।

থবাতোন :—( খুদোপ অহু লোশিন্দুনা শিজিন্নে, শৈরেং অহু ঔরাইরে )
ফারগনি।

শজিবু :—ফরে, নোং ঙানবমা হানখ্রগনি ; ঐখোয়গী মতম লোইরক্রে। নবুং রাকচিংগী মতম লোইত্রিবনি, অমুক ইংলক্রগনি। খুদোপ অহু মাঙহনগমু মহুবু মাঙহনগ্রবদি পুম্নমক মাঙগ্র বনি ..... কৈদৌহুংদা ঐখোয়বু ফংলোই।

থবাতোন :—মাঙহনজরোই, কনাদহু পিথোকচরোই। অহুম্নদি ওইরগা য়াম্নুং, ঐদি মকম অসিদা লক্তবা ঙমজরোই।

শজিবু :—সাকউ—লাকউ ইচনবু কনানা লাক্নু হায়বগে।

ফাইরেল :—ইবেম্মা, য়ম্মু না করি হায়রিবা মহুতা কাউগমু! নশাগী অরাবা হেক কোকপগা ওইজবা অমুক থিগমু। নশাগী ওইজবা থিবদা অতোপপবু মঙহনগমু মহু চুমদবনি।

শজিবু :—চৎলে চৎলো, হেঞ্জিক্তি নঙগী করি য়াত্তরে ঈশৈ শকতুনা হুংঙাইনা হনগ্রে। কদাই লমতা ;

লমতা :—ননাও অসিদা লৈজরে য়াম্মুং !

শজিবু :—নচন অসি মিৎনা কুপ্পদা ময়ুম য়োৌহল্লু! ঈরাং চাওবী রাণীদা ঈরাং হৌহল্লু—কাবা মতোল লোমলে—অমুক কুম্বা য়েংলসি। অরাবহু হু ঙাইবহু রারসমু!

লমতা :—ফনি—! ( লৈ থুম্মোক পায়রে ) চৎসি—চৎসি ইবেম্মা,

থবাতোন :—( শজিবুদা ) য়াম্নুং...... ।

শজিবু :—মহুনকাদি য়ারোই—ঈশৈ শকতুনা নোক্লা নোক্লা চৎকদবনি। য়েউ— অমহুদা মাঙলুরবা লম্বী—মপুং ফারবা থাজনা তাক্লকইবসে —।

( মতম অসিদা থা থোকই—ব্রেক আর্ট )

থবাতোন :—( হরাওনা ঈশৈ :— )

## ৪ শুবা উৎপা

( শকহেন্বীগী মাজোলনি, অয়ুকনি ; শকহেন্বী কেয়ে মৌয়ে, অসিনি হায়র্নিংডাই লৈত্রে। য়েসোম ফুরিৎ, ক্যাম লিফাং ফনেক মপাম্নাইব , চা থংতাবী ইন্নফি অপাবা, লৈশাবী ১ গী ফিজোন য়াৎত্রে, হুম্ব হুম্বনা য়েংলহুনা চংলকই। য়াঙা দি কেজবনা কেনন্দুনা তানিংত্রে, চিংথ-চিংথহুনা ভাংবদা ভাইভমত্রে। কা অহু ইহাং হাংই করি অমতা লৈতে —।

শকহেনবী :— ইমা — হো ইমা ! কৈদৌয়বগে ? মিংশেল মচাহু ভাই- হাক্তা পুয়কউ হায়রগা ( মকেক্তা থেংলিবা শমজেং অহু হাৎপা হৌয়কই।

ফজবী : - ( থোরকই ) হুমিংনা হুমিৎ থেঙজিল্লকপনে - নঙগী কেনববু হোৎনগত্রা, ঐগী ফজনববু হোৎনগত্রা সে সে ইবেম্মা, লোদ লোবীয়ো। ( মিংশেন মচা পুয়কই-পি মমাস্থ কেবা হৌনবা কেয়ে শেগ্রাক্তা ইন্নফি অমা য়েপলকই মহু তিং- থোকতুনা ইনবা হোৎনৈ। )

শকহেনবী :—শঙবাইমুক চাউবা থুম্মোক অমতং পুহনগদবদো ইমানা ইশৌ লাংমন্দুনা হেক তোকহৌই। হৌজিক্তি কল্লকলয়িনি। লৈনি হায়হুনা থুদাপ অমমকতুম ফাদে — অসিনস্থ স্ন ফয়া য়ায়া ফংগনি হায়গে ?

ফজবী :—ইঙকপু ঙকত্রে ইবেম্ম , মীনা নিংবনা অমা লাইনা শিনবনা অমা হায়হুনি। থয়ো থম্বালগী য়াদি ইথনবু থল্লুত্রে— শিথিনবা থাজিনথিবনি ফনমবহুম থোকত্রে। কয়দোনা কদাইদগী পুয়কইবনো—মথল্ল—মিত্রং হায়হুয়া— ?

শকহেনবী ঃ—অছুবু নওদি হুবো য়াক্না ?

ফজবী ঃ—হংবদি হায়রকপু মশকতু য়েংবিংদবনা—হু তুরেং তিনবগুম থারে। হুম, মসি মতুংদা য়া অমা লৈরিদা—মমাম মমিংককতু তওাং তঙাংলহ্লনা পুরুম হৈতুপ অমুনবহুম মাল্লি—নোকমি নোকমিরহুনা ওয়ুক্তা শাংকায়রকপা থম্বালদোনা, অরাবম্ উদে—চাক লাম্বগী ক'ৈদাম্ উদে—কৌবক্কা থুম্বীরমপোৎ নত্তে, তুমশিন্নরিবা জাংলা তুমদ তুমলবা জাংলা—মুমিং য়াত্তোন লোমলে, ঙাইহাক তুমলবদি হেক মহৌপংলকওদনা।

শকহেনবী ঃ—লৈ থুদাপ অমতং থিরুববু শিগদোবমথৈ য়াবহু মঙায়রে। থুম্মোক চোম্না উননবা হায়হুনা মথাদা লৈবাক থন্না হাপ্ন-কাউবা হাপচরেদনা।

ফজবী ঃ—অহুননিদনা লৈ অহু থুম্মোক চোম্না উই হায়বদে। য়াথল লৈদকো ইচাদে।

( শকহেনবীনা-মতিন্না পিগুম য়েকলি—ফজবীনা মাইয়োকন্না শোম্পুনা মথুবাক্না মমায়দা নাল্লি মচান্নুপীনা থুদোপ মুঙ-য়ৈবা অমা শি য়বহু উরে। শংত্রিক য়েংই। )

ফজবী ঃ—'ইমাই পেন্মা—কদাইদগীনো ফজপ্রেদা। অহুপ লংবা থুদোপশু ইমানা পোকতেদগীবু উথিজ্রিনা।

শকহেনবী ঃ—থবাত্তোনগী থংনিংথৌদা শিরমএ । তুমিন্না শত্তোক-লকপনে··· তাবী লাকপীপোৎ-নত্তে। চপ হেক চায়, এন্না লৌরনি।

ফজবী ঃ—ইচায়ী ওইদনকো — ঙসধোদা ক্লিবু ফিজৈনে।

শকহেনবী ঃ—করিনো হাম্নরিহুবো ?

ককবী :—মহাক্কা করিম্ন খৌ॰াবিদে মতুং ইনবককা য়াও য়িবোরে মমা
　　মপাবু উপিক্তবা মচা-খওলোইত্রদো।

থবাতোন :— ( মমুংদগী ) ইংে! ইচে!

ককবী :—ক'রিনো·ইমু'দগী উয়াও-খৌরাওবমখৈ কৌরিবতুবো-মপান্দা
　　খোকলকপা য়াদবরা ? ( মচাগুপীদা ) লোংশিল্লুহে!

শকহেনবী :—কৈদৌনা পিরুনি পিরোই। ইমা এসে ককত্রা য়েংউ!

ককবী :—ফজে! ইমানা য়েংগেনে। ( চেপথ-চেপথ চেন্না·চেন্না
　　য়েংই। শকহেনবী, মখল মখলগী শাথেক পুখোকই।)
　　থেকতগা থেক নৌদগা নৌ, শোরারেনগী মচা শোরিবী
　　হ য়হুবু অসিরা, ঊশিং পুন অৎম্বা, রারকী তয়াল অমুনবা,
　　করিদা প্রমাণ তৌসিগে। হায়গুম্মদনা ইবেম্মা, হোরেল
　　করিগুম্বা, ঊবারাণীনা জগোই মতেক অন্নতং শারম্ম ককা
　　হায়রবদি খুৎথেক ককবা অমা অনিমং হেক শাদোকউ
　　ইচাশিদে।

শকহেনবী :—হায়বু হায়রক্লবদি এদি শাগনিবো।

ককবী :—শাগদৌবনি সে সে ঔহুম-ঔরাইমু। মহৌশাগীদো ( মখুৎ
　　থেকতুনা মমা মচা জগোই মতেক অমা শামিন্নে )
　　( পেনা মরোল-লোন্দুনা )
　　রি র রি হৈ রিরর রি হৈ
　　হো অচুনিদনা, থেকউ, কেনা-কেনা থেকই।

ইশৈ :—　　ককরেদা ককরে
　　ইমানা য়েংবদী পেন্দরে
　　চন্দ্র থাজ ঊয়েদো

চীংথৈ হুম্বা উরেদো
শজিক্লা কৈদা হেনবনো
থবানা কৈদা হেনবনো
ইচানা হেন্না ফজৈদো
ও— ফজৈদো—ফজৈদো—দে
স্ন'না ইঙ্গি শিৎকনি
মণি মুক্তা থাংগনি
কেদ কে-নৌদ নৌ
নৌথরোদা নৌথরো
শোরারেন মচা শোরিবী
ফজরেদা যজরে।

( তল্লক অহুদা থবাতোন তুম্মুবগী মওংগুম মশম মনা ইফা ফা মকি ইনবোই ইন্দবোই খুদোপ থিবা থোরকই। তাহৌবনি খন্দুনা কাটনি কোয়। য়েই, থু স্মাক-মেলৈ য়াও-রিবহু ওংখাইহুনা য়েংই—। মমা মচাগী জগোই কায়রে। শাওরে। )

ফজবা :—আই—আই, নমাই ইথক থরহুনা কৈনো অহুবা ?ব্লারেমথৈ শেমজরিবা লৈ অহু কৈদোবগী চাইখাইরিবনো ?

শকহেনবী :—করিনো থিরিবহুবো ?

ফজবী :—হা ইবেম্মা, লৈ অদো ইবেম্মনা থিরকপনি হায়বস্থু খওজৈয়ে। খুইথদনবা ঈশিংকফা চাইজরবনে।

শকহেনবী :—মগুক্ত। কক্রিবদি হৌজিক খরো-থম্বাল শাংপা হৌনদে কফা হায়হুনা—।

থবাতোন :—কনানম্থ পিন্নক্তে থুন্নকপনে।

শকহেনবী :—অহু ওইরবদি ঐনা লৌরে।

থবাতোন :—ইচেনা পাম্বা লৈ পিরেদনা! খুদোপ অহুদি ঐতোন্দা পিবীয়ু!

কজবী :—চৎলমদাই অসিদা চক্রি ওম্মোক্না তৌগ্রে। মীনাই শক্তোংবী, নবেম্মনিনে সে। নচিন অহু থিখিগত্রা নঙ। চৎগ্রো-চৎলু ইমুং অসিদা লৈবী লাকপিরম্থু। মীনা চৎলু হায়রবদি হেক মচৎলুদনা ( মশম কোহ, মঙক লাকতুনা ইল্লি, ফুই ) উশিক্তবা শারহুনা—লৈ পুরহুনা থোকখি।

থবাতোন :—( মচেদা কোন্দুনা ) ইচে মুংশিবী, ইচেনা লৈ অসিগীদমক ফংলবপা স্না লুপা মচেৎ অমা কাওবা ঐতোন্দা থু বিরগম্থু—খুদোপ অহুতদি পীবীয়ুনে ইচে।

শকহেনবী :—পিরোই, কৈদৌশিল্লে হায়হুনা পিজক্লনি।

থবাতোন :—খুদোপ অহু লৈত্রবদি ঐগী থরায় লৈত্রবনি, কৈদৌগে ইচে।

শকহেনবী :—করেদা, রাই শংলমিদা, শিরো, শিরো, ইমুংদদি শিরমগম্থুকো।

থবাতোন :—ওম্মোকপনিদকো ইচে— ঐবু থজিক্তদি মুংশিবীয়ুনে।

শকহেনবী :—ফাগম্থুসে—থেঙগ্রে—।

কজবী :—( হজিল্লকতুনা ফুররে ) মসি ওম্মোক্না থোঙলো পল্লোখ্রেদা—শিনি হায়রগা ইশি হেক শিদে - মসিদা হেক হাক্তোক্লগা লোইরে।

থবাতোন :—ইমা—ঐবু হাংকে হায়রবম্থু হাংলু ঐগী খুদোপতুদদি চানবীহুনা পিবীয়ুগবা। মহুদগী হেনবা অদতা হায়জররোই।

শকহেনবী :—( থুনিংথৌদা শিরিবা খুদোপ অতুনা মথুৎনে করিনে থবাতোনগী ময়াদা ঈনশিন্দনা ) অসিরাও লৌরোসে।

থবাতোন :—মানি মনি ঐগী খুদোপনি ( খুদোপ অতু মুন্নি )।

শকহেনবী :—হো ইমা হাৎলে হাৎলে ।

ফজবী :—মসিগী অঙাং অসে ফুনা ফুনা হনবা লৈতে ( মমা মচা চংতুনা ফুরে, থবাতোন, মচিনবান কায়রে, মফি মরোল পুমশে শেগাইরে ) নমা নপা শিগ্রবশিং অতুগী মতুং ইন্‌-গেদি লৈত্রতুনা কৈদৌঙ্গনা ইমুংসিদা লৈরিবনো ? উখোং রাখোংসিদা লৈরোলাও নহে—( মমা মচা চংতুনা শ্রোশ্রো চিংই )।

থবাতোন :—হা ইমা ইমা ।

ফজবী :—নমাগা নপাগা ঙাইরিয়ে। (থবাতোনবু চিংথোকখি )।

---

## শুবা ঊংপা

অয়ুকনি, কোন্নুং মন্নুংনি; রাজসিংহাসন্নচিংবা কয়ামুক থান্নুনা লৈ। মনিং থুংদবা লৈরন্নুনা উষারাণী হক্কং হন্দা চৎলি, মনাক ইনক নক্লা গার্ডিয়ান লেপতুনা লৈ। মপুক্লিং লাংমনথিবনা মনাক্তা লেপ্লিবা গার্ডিয়ানবু উখিদ্রে। নাকল্ অমদা জগোইশাবী ২/৩ লৈ, নাকল্ অমদা ফম্বাক অমদা বিনা পায়বী মুপী অমা ঈশৈ শকদ-বগী ভাইরী।

রাণী :—( কৌই ) মন্ত্রী, মন্ত্রী!

মন্ত্রী :—( চেনশিল্লক্লুনা ) স্না-য়াথং ( নোল্লুক্লে )।

রাণী :—ইপু কৌরকউ।

গার্ডিয়ান :—ননাই ইপু লৈজে, স্না য়াথং।

রাণী :—ইপু ঙসি তারিখ কযানো?

গার্ডিয়ান :—ঙসিদি জান্নুযারী তারিখ অমনি।

রাণী :—ডিসেম্বর তারিখ কয়ানা শাবগে?

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী; ডিসেম্বর থাদি চপচানা মুমিং ৩১ নিনা শাই।

রাণী :—অদু ওইরবদি ঙসিদি ডিসেম্বর থাগী ৩২ নি শুবা মুমিংনি।

মন্ত্রী :—অহোই ৩২ নি শুবা মুমিংনি। ( ফাগী ওইনা নোকই )।

রাণী :—করিগী নোকপা, করিগী ফাগী, ঐনা হায়বসি ফাগী ওইনা থনবরা? হয়েংনা ডিসেম্বরগী ৩৩ নি শুবা, হংচিংনা ৩৪ নি শুবা; মথং মথং করি হায়গনি ইপু?

গার্ডিয়ান :—( মমায় মমিং ভাংনা ) অদুদগী ৩৫ নি শুবা ডিসেম্বর,

৩৬ নি শুবা ডিসেম্বর, ৩৭ নি শুবা সিম্বেম্বর রাজেশ্বরী মসিদি ওইথোক্কে।

রাণী ঃ—অমুকস্থ ওইথোকত্রবা ; করিগী ওইথোকত্রবা ?

গার্ডিয়ান ঃ—রাজেশ্বরী, ননাইবু অঙাং ওল্‌হনগে ওল্‌হনবিম্নু ফাদোপ পীগে পীবীয়ু ডিসেম্বর ৩২ নি শুবা, ৩৩ নি শুবা হায়না মশীং থীবা য়াদে। ডিসেম্বর খাদি সুমিৎ ৩১ নিনা শাই, সুমিৎ ৩১ নিদগী হেনবা য়াদে, মসি বিজ্ঞান্না প্রমাণ তৌরবনি। নিপাল তরেৎ য়াখ্খৈতরুক ওইগদবনি, মসিস্থ অক্না প্রমাণ তৌরবনি ১৫ ওইবদি চুমদে। ঐগী রাখলবুদি বিজ্ঞান্না হেন্না চুমহ হায়না লৌজেনে ইপুনা।

রাণী ঃ—ইপুনা হায়খি ; নিংথৌ রাণী হায়বসিদি ঈশ্বরনি। ঐ ঈশ্বর নত্তে ; ঐনা ঈশ্বর ওইরবদি ঙসি ইপোক সুমিৎ অসিদা মেলৈ লৈম্না, থরো থম্বাল ফংগদবনি। ঙসি ইপোক সুমিৎ নত্তে ; ইপুনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌবনি। ডিসেম্বর থা লোইদ্রি। মন্ত্রী করি করি অনৌবা ঈ-পাও।

মন্ত্রী ঃ—রাজেশ্বরী, নোংপোক নিংথৌনা রাজেশ্বরীবু মতম কুইন য়াইক্না লৈননবা ঈশ্বর নিংজরি হায়জরকই।

রাণী ঃ—তারব্রা ইপু ! ইপুগুম্বা অপঙবা মীনা ঐবু অমুক তম্বীরক্লি।

গার্ডিয়ান ঃ—রাজেশ্বরী মহু তম্বীবা নত্তে ; চৎলবী রাহেনি।

রাণী ঃ—চৎনবী, ঐগীদমক মখোয়মা ঈশ্বর নিংবীরি, মখোয়না মিঙ-বীত্রবস্থ ঐ ইশানা থরায় য়াওবা সুংঙাইনা পান্নবা হোৎ-নজরি। মখোয় খঙদবরা ? কনা লৈ ?

মন্ত্রী :—সনা য়াথং।

রাণী :—ঐগী লৈকোন শঙবা মালী কৌরকউ।

মন্ত্রী :—( থোকখি ) স্না য়াথং।

রাণী :—ইপু ঙসি ঐগী ইপোক শুমিৎ নত্রে। ময়াম অস্থপ য়াম্বসে অরেম্বদা করিগী ফমহল্লি।

গার্ডিয়ান :—রাজশ্বরী ননাই ইপুবু ঙাকপিগনি। ফংদবত্থু ফংত্রসন্থু ইপোক শুমিৎ অসি য়ৈথোকপিগন্থু। হৌনদে।

রাণী :—অরানবা ঙাংগন্থু ইপু। করিগীনো হৌনৈগা হৌনদেগা ওই-থোক্তবা হায়বসি লৈতে হায়ত্থুনা বিজ্ঞান্না হায় হায়বসি ইপু নত্রা ?

গার্ডিয়ান :—শিবা হায়বত্থু য়ৈথোকপা য়াদে, অত্থমকপু বিজ্ঞান্না।

রাণী :—কবিগী য়াদনি, শিররোই হায়রবদি বিজ্ঞান্নস্থু য়াফম থোকই।

গার্ডিয়ান :—শিবা হায়বসিদি মহৌশানি, মহৌশাদি বিজ্ঞান্নি। ( মতম অসিদা মালী লেপ্লে )।

রাণী :—হায়নিংবতা হায়বদি য়ারোই ; হায়দোকখিবা রাফম ঙমজনবা য়েৎপা বিজ্ঞান নত্তে—( মালীদা ) মালী ?

মালী :—স্না য়াথং।

রাণী :—ঐগী লৈকোন্দা মেলৈ লৈস্না শাত্তবরা ?

মালী :—মখল মখা অয়াম্বা নিংথমথাগী লৈদি শাৎলি।

রাণী :—( শাওনা ) ঐনা করি হংই।

মালী :—( থংনা ) শাত্তে।

রাণী :—করিগী শাত্তে।

মালী ঃ—লৈস্নাদি হৌরি ; শাৎকদবা মতমদি য়াৎলি।

য়াণী ঃ—ঐগী য়াথংনি, হৌজিকমক শাৎহল্লু, হৌজিকমক, হৌজিকমক।

মালী ঃ—য়াকচিংদা শজিবু ওইহনবীয়্ নোং চুহনবীয় ননাইগী অয়োল্ অরাল্ ঙাকপিগনি, ননাই ঙমজরোই।

রাণী ঃ—ঐনা পাম্বা মতমদা ঐনা পাম্বা লৈ শাৎহনবা ঙমদবা নঙদি করিগী মালী ওইরি ? নমথাক তৌতুনা নহান মথৈ কোন্নুংগী মহাম তাহল্লি। মন্ত্রী ! ( মন্ত্রী চংলকপগা )

মন্ত্রী ঃ—স্না য়াথং।

য়াণী ঃ—মতিক চাদবা নিপা অসি মপুন্সি চুপ্পা কৈশুমশঙদা থমউ।

মন্ত্রী ঃ—স্না য়াথং, রাজেশ্বরী স্না য়াথং মতুং ইন্না, কনাগুম্বা মুপী অনিথক গৈলৈ লৈস্না থুম্মোক অমা কচ্চবা লাকচরি।

য়াণী ঃ—( য়াম্না হরাগুনা ) মেলৈ লৈস্না ? ঙাইরে ঙাইরে মন্ত্রী ; করি গীদঽক ঐগী য়াথং ঙাইরিবনো ? (মন্ত্রীনা মখুৎ হত্তুনা কৌই) তারব্রা ইপু, তারব্রা মালী, কান্নব্রবা লৈ পূম্নমক ফুকতোক্লুনা তুম্রেন্দা থাদখো। ( শকহেনবী মমা মচা চংলকপা উবদা ) চংলকউ চংলকউ, কদাই কদাই মেলৈ লৈস্না ( চেনশিন্দুনা থুম্মেক্তগী চরোং ১/২ লৌথৎতুনা ) ইপু মসি করি লৈনো ?

গার্ডিয়ান ঃ—( ঙকই ) রাজেশ্বরী, মেলৈ লৈস্নানি, তশেংবা মেলৈ লৈস্নানি।

য়াণী ঃ—অসি নত্তবরনে,ময়াম পূম্নমক্না রাকচিংদদি শাত্তে হায়বত্থবো ? হৌজিকসিবু রাকচিং নত্তরব্রা ?

গার্ডিয়ান :—ভশেংঙ্গবক্তি—

রাণী :—শাস্তবমক্তি নত্রা ? চরোং অনিগা ইপুগী মমদা পুখো। ঈশিংদা তিংহুনা থমউ।

গার্ডিয়ান :—অহোয় ঈশিংদা তিংলবদি ফনা কুইনা পখরোই।

রাণী :—মন্ত্রী ! কোম্নুংগী পাঞ্জিনা, ওজানা, মাইব-মাইবীনা, মীনম্বা ওইদবা ঙাংলবদি করি চৈরাক পীফম থোকই ?

মন্ত্রী :—( গার্ডিয়ান য়েংহুনা ) রাজেশ্বরী, নিংথমথাদা ওইরগা অইংবা ঈশিংদা তিঙগনি, কালেম্থাদা ওইরগা মৈ ইকনি।

গার্ডিয়ান :—ঈশিংদসু তিঙবীয়ু মৈদসু ইকপিয়ু, রাকচিংদা মেলৈ লৈস্না শাৎলি হায়বসিদি ননাই ইপুদি হায়জগোই।

রাণী :—অহুদি লৈরিবা লৈ অসিবু মিত্রংলা ? য়েংউ য়েংউ, অপঙবা ইপু; ইপুনা ছাত্র ওইরবা, ঐনা ওজা ওইববদি ইপুবু ফান মথক্তা খোঙনামা থাঙৎতুনা লেপপু গায়গদবনি। অহুমকপু ঐগী মুংশিজরবা ইপুনি, ঐনবু মুংশিরবা মীহুদিনে, চৈরাক পীগে ইতিক্লি, পীরোই ইতিক্লি, সে ইপু—লৈ অসি পরীক্ষা তৌহুনা য়েংউ। ( পী—লৌই ) মুংচাইরে, নিংবা থুংলে, জগোই শারো, ঈশৈ শক্লো, ( মনাক্তা লৈরম্বা জগোই-শাবীনা জগোই শাই, ঈশৈ শকই )।

ঈশৈ :— বিনা শকউ, নিংথিবা মপুগী কোলোই
ওসি কোরৌ নোংজাসে হোংনে অনৌবা ঘুগ
কেনথ্রে অরিবা উনা, শিল্লে অনৌবা য়েল্লিং
বসন্ত ওইরে, নিংথম কাম্বী মাকমৈদা।

রাজ-রাজেশ্বরী, লাইরেম্ব-লাইরেম্বী পাংথক্লি ;
বিষ্ণুগী অংশনি, হোংফত্রবা য়াথংনি।

ফজবী :—( রাণীদা খুরুমজনা ) রাজেশ্বরী

রাণী :—ও ! নখোয় অনি হৌজিক ফাওবা চত্রি ?

ফজবী :—অহোই, থুম্মোক অহাংবা অসিগা ঙাইজরি।

রাণী :—চুমই, কনা লৈ ? থুম্মোক অসি থম্না সনা পীখো।

মন্ত্রী :—স্না য়াথং ( থুম্মোক পায়রুবদা ) রাজেশ্বরী, থুম্মোক অসিদি লৈপাক্লা থল্লি।

ফজবী :—কৈদগী কৈদগী লৈপাক অতু য়াওদ্রবদি ঙসাইনা লৈ অতু খুইথরগদবনি।

রাণী :—চুমব্রা ইপু ?

গার্ডিয়ান :—থোইনা লান্দে।

রাণী :—ও ! লৈপাক অতুদি ঐগী লৈপাক্তগানি. লৈপাক অতুদা লৈবা লৈহাও অতু ঐগী ইরলনি।

রাণী :—মন্ত্রী লৈ অতুগী মতিক চাবা সনা পীখো।

মন্ত্রী :—স্না য়াথং—( থুম্মোক পুহ্না চংখি )।

রাণী :—কমদৌই ইপু শজিবুদি য়ৌদ্রি, ফাইরেল লমতা থা অনি রাংলিঙৈদা, শজিবুগী মেলৈ লৈস্নাদি ফংলেদো।

গার্ডিয়ান :—ইমিৎনদি উজরে, অছুমকপু ননাই য়াজনিংদ্রি। মসি ঐখোয়গী লৈবাক্তা করম্বা মফমদা শাৎলিদৌনো ?

রাণী :—লৈ মপু ? লৈস্না অসি কদাইদা শাৎলি ? ( মমা মচা তুমিন তুমিন্না লেপই ) করিগী খুমদে ?

ফজবী :—( মচানুপীদা য়েংতুনা ) খুম্মু।

শকহেনবী ঃ নঙ্ খুম্মুদনা।

ফজবী ঃ—( নোকশিন্নতুনা ) ননাইনা রানা ফংজরকখ্রে। কোন্নুংগী শগোল পাওজেল হেক তাজবগা, ননাই ইমা ইচা লাইবক চাং যেংবা চীঙদা হেক্তা চৎচরে। ননাই ঐখোয়না চৎপদা শুমজিৎ অমগা য়োৎপাক অমগা পুজে। শুমজিৎ অতুনা উনা রানা শিত্তোকই। চীঙগী চীঙমাই অত চপ্ ঙমই, য়োৎপাক অতুনা খোঙকম হক্তুনা কায়। ইংখিবনা ননাই অসে চিংশিন্দুনা শিদোকরে।

রাণী :—অতুদগী কমদোবে ?

ফজবী :—লম্বী অতু শাংখ্রে, চৎপগী য়োবা নাইদে। লমদম অতু অসুপকী মতিক শোঙই, হান্না চৎখিবা লম্বী অতু অমুক খিবা ফংদে। লোকম্নুং অতু অসুপকী মতিক মমখ্রে, মুংখিল পোবোপ্তা থাশিগী অহিংগুন্না মমই। খুথ্রবা শুরুং অমসু ফাওতুনা চৎকনি, মফম অতুদি উপ্রাক্লা শিৎতুনা চংদ্রবদি ফাওদোকপা ঙমদে।

গার্ডিয়ান :—উপ্রাক্লা শিৎতুনা চংবা ?

ফজবী :—শুরুং অতু হেক ফাওদোকপগা নাপী মকা অমা ফাওবা তাদ্রবা ফজথ্রবা পুখ্রী অমা থেংনরগনি। পুখ্রী অতুদা ঙাসু থঙ্গোংনচিংবা চাক্তাতুনা লৈ। পুখ্রীতুগী মপান্দা জাম হৈনৌনচিংবা ফজ-ফজবা অথুম্বা উহৈ য়াম্না পাল্লি।

গার্ডিয়ান :—ওইথোক্তবা মরক্তা ওইথোক্তবা য়ারী অমস্থু লীররে। হৌজিকপু জাম হৈনৌ পাল্লিবা ?

রাণী :—জাম অমুনবা, হৈনৌ অমুনবা অদু ঐদি চানিংখ্রেদা অমুক্তা চৎলুখো জাম, হৈনৌগী মতিক চাবা সনা পীগনি।

ফজবী :—( মীনমলুবগী কিরক্তুনা ) শাংগ্রবা লম্বী, য়াংগ্রবা চীঙদোন অদু কারুরবদি মতম কুইনা চঙলগনি । ঙসি হয়েংমকস্থু ঙমগনি থাজদে।

রাণী :—হৌজিক অয়ুক্নি, করিগী হল্লকপা ঙমদগনি ? ওইদবা ঙাংগম্ব। হন্নুবী। মেলৈ লৈস্না পুরকপা মীদা সনা পীগনি হায়না লাওথোকপদি ঙরাং মুমিদাংবাইরম্নি। হৌজিক অয়ুক অঙনবা অসিদা কমদৌনা পুরকই ?

ফজবী :—( মচাদা তুমিন্না ) হৌজিক কমদৌনি ?

শকহেনবী :—থবাতোন থাসি।

রাণী :—করিনো চিবোন চিবোন ঙাঙনরিবদো ? মন্ত্রী কদাই সনা থুম্মোক অমা ঙাইরে। ( মন্ত্রী চঙলকই, থুম্মোক মচা অমদা সনা থন্না হাপ্লগা হন্নুবীদুগী মমাঙদা থমই )

ফজবী :—( সনা অদু থুম্মোক্তা লোয়ননা পুখৎতুনা ) সনা য়াথং শোয়দনবা ননাই ঐখোয় চৎচরুরগে ? (চৎকে তৌই )।

রাণী :—ঙাইখো, মন্ত্রী ; দোলাই শেম-শাও ঐ চৎকনি। অহল সনা অদু ঙাইহাক্তং থূনমখো কনাস্থু লৌরোই। ঐস্থু নখোয়গা চৎকনি।

ফজবী :—( মত্থ তাবদা সনা থাদরে, রা ঙাঙবদা ইক্ ইক্ লাওরে )
অত্থুদা রাজেশ্বরী মফম অত্থুদা—

রাণী :—নখোয়না হায়দ্রবস্থ ঐ খঙলে ; দোলাই তো নিংলে তোং-হনগনি, শামু তোংনিলে তোংহনগনি, নখোয়বু রাহল্লোই। মন্ত্রী মখোয়বু হৌজিকনক দোলাই তো হল্লু। শুমজিৎ পায়বা সেনা ১০০, লম্বী যানবা যোংপাক পায়বা সেনা ৫০০, থাং পায়বা, তাপাক পায়বা সেনা লিশিং অমা চৎকনি, কনাবু কিরুগনি ?

অহল :—( লম্বীদা থবাতোনগা থেংনখিবদো চঙলকই ) রাজেশ্বরী ননাইবু কনবিগনি। মৈলৈ লৈস্না অসে ননাই অনি অসিনা পুরকপা নত্তে। লাইরেম্বীনি হায়বস্থ য়ারবী, মীনি হায়বস্থ লান্দ্রবী, মশক মতৌ নিংথিরবী মুপীমচা থবাতোন কৌবী অমনা পুজরকপনি।

ফজবী :—ননাই ঐখোয় হঞ্জরগে। অহল অসিনা নিংথিনা খঙলবনি।

রাণী :—কনা লৈ ? হৌজিকমক শগোল শাজে পুথোকউ মনম তৎনবা ফু, য়োংশিংয়োং মৈ ইকউ ; মমা মচাগী মমিৎ কোংলু। ( হান্না থৌরা তৌত্লুনা থম্বগুম মন্ত্রী অত্থুনা ইঙ্গিৎ তৌবদা মশা-মউ ফরবা হিংচাবগুম্বা অমা থোক্লকই, শকহেনবী মমা মচা পাখৎলে )।

ফজবী :—ননাই ইমা-ইচাগী থব্রায়তদি কনবিয়ু, ননাই ঐখোয়দি খঙ-জদবনি, লৈশিং অসে থবাতোন্না হেক্লকপনি।

রাণী :—থবাতোন—উম ; শা-ঙা মরক্তা মুপীমচা অত্থুনা নখোয়গীদমক

লৈ থিরুবা ; নখোয়না কোন্নংদা সনা লোবা লাক্লিবা, করিগ
গীদমক নচাহুপী অহু কোন্নংদা পুরক্তে ?

ফজবী :—লম্লক্তা লৈবা শা-ঙানা মী মনাক নকউ য়াদবগুম ননাই
অপঙবীহুস্থ মীরক তিল্লক্তবনা কোন্নং কাসি হায়বা য়াদে।

রাণী :—নঙ্ মমা পোক্তবীরা ?

ফজবী :—অহোই, ঐমক্না পোকচবদি নত্তে।

রাণী :—অহুননি, চৎলু হৌজিকমক থবাতোন কৌরু।

ফজবী :—য়ারক্লোই।

শকহেনবী : - য়াদ্রগা মথরায় মাঙজবস্থ ঙায়দনা।

রাণী :—য়াদ্রবদি কনাগী মথরায় মাঙগনি খঙব্রা ? হৌজিকমক থবাতোন
কৌরু ঐ মাবু ঙাইগনি।

ফজবী :—ননাই চৎচগে, রাংলেন পূখায় অমত্তং নিজগে।

রাণী :—রাংলেন পূখায় অমা, ( গার্ডিয়ান্দা ) ইপু পূখায় অমা হায়-
বসি কয়া কুইগনি ?

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী, মিনিট ৬০ না পূঙ অমনি, পূখায় অমা হায়বদি
মিনিট ৬০ গী তংখায় হায়বতনি।

রাণী :—হৌজিক অঙ্কগী মতম নত্তে। তিনশিনবা, খাইদোকপা,
পুরিবা, য়েন্নবা ঐ শংদ্রি। হায়য়ু ইপু ; মিনিট হুমফুগী
তখায় হায়বসিবু কয়া শাংবগে ?

গার্ডিয়ান :—মিনিট ৬০ না পূঙ অমা, সেকেণ্ড ৬০ না মিনিট অমা,
মিনিট ৩০ অহুনদি সেকেণ্ড ১৮০০।

রাণী :—হাই-হাই—সেকেণ্ড ১৮০০ য়ামথ্রেদা, সেকেণ্ড অমত্তং হেনবা য়ারোই চৎলু হন্নুবী ঐ ঙাইরগে, মন্ত্রী শরীক খিণ্ডউ, ইপু সেকেণ্ড ১৮০০ মশিং থীযু। (চৎখি) (মন্ত্রী শরীক খিণ্ডই, গার্ডিয়ান্না মশিং থী, মমা-মচা থোকখি)।

গার্ডিয়ান :—(যাল্লিবা ঘড়িদা য়েংত্তুনা) অমা, অ নি, অহুম, মরি, মঙা—

[ লাইট ]

## ঙশুবা উৎপা

[ লম্বী ]

অয়ুক অহুমক্কি।

( থবাতোন য়াম্না নিংবা কায়না লম্বী অহুদা চৎলমই। নাকল্ অমদগী ফজবী মমা-মচা চঙলকই, ফজবীনা থবাতোন হায়না কৌ-রক্পা মক্তদা থবাতোন কিরহুনা মঙক হাইর-হাইরহুনা তুংহল্লে ।)

ফজবী :—থবাতোন, ইমাগী ইবেম্মা, ইমা-ইচা রা ঙাংনখিসিনা।

শকহেনবী ঃ—ঙাইখোনে থবাতোন।

থবাতোন :—ইমাগা ইচেগদা ঐনা লানখিবা ঙাক্তনি। ঐবু অমুক ফুবিরগন্থু, ঐ য়ুমদস্থু লৈজররোই। ইমাহোয় ইচেহোয় উদবা মফম অমদা লৈজগ্রগে। ( লেপ্লি )

ফজবী :—কোন্নুং কারুবগী রা তমগে তৌবনি। শাওরম্নুসে ইমা ইচা ঐখোয় মখে রা তান্নসি। কোহ্নং য়োক্লরে, রাণী উনরে, সনা পীরকপদি হায়রুন্থু, পাই নাতৎপী অমা ফাওবা পীরক্কে।

শকহেনবী :—লৈ অহু কয়াদি ফজগ্রে। লৈ অহুগী রাহৌদগী হৌ-জিকমক ঐখোয়বু চীংদা চৎলু হৈনৌ, জামনচিংবা হেকলুচো হায়রি। মহু নহাক্লা অমুক্তা চৎলুখিবা তারি। নথক্তা চৎপা কিরগা ঐস্থু নতুং ইনগে।

থবাতোন : -ঐ চৎচররোই ইচে।

ফজবী : -ইমাগী ইবেম্মা, থাজ মানবী, শাওগম্না। ইমা ইচা ঐখোয় মখে খৎনহুনা কান্নদ্রে। ইমানা হায়রিবসিবু নঙনা

হেক মইন্দ্রবদি ইমাদি ঙসি হায়বা হুমিৎসিমক্তদা থরায় থাবা মতারে। থবাতোন, ইমাগী ইবেম্মা, নঙ্. ইমাগী থরায়-তদি কল্লু, চীংদা অমুক্তগা চৎলুখোনে।

থবাতোন :—ইমা ঐ চৎচররোই ; সনাসু পামজদে, লুপাসু লৌজরোই।

ফজবী :—( কপ্লক্লে, কিবনা থক্ থক্ নীক্লে ) চৎলরোই, নঙ্ চৎ-লরোই থবাতোন ; মাঙলেদকো শকহেনবী ইমা ইচা লোই-রেদো। ঙসি কোরৌ হুমিত্তা ইমানা থরায় মাঙবদি খল্লুদে, ইচাবু কমদৌনা কনসিগে ?

শকহেনবী ঃ—য়েংউ য়েংউ, ইমা ( কিনা ) হায়রিবমক্তদা কোম্লুংগী মী য়ৌরক্লে। ঐখোয়বু কৌবা ওইরমগনি। কপতুনা কান্নদে অশূকপা লোকন্নুংদা চেনশিনগ্রসি, হিংননবা লোৎগ্রসি।

ফজবী ঃ—কদাইদা লোৎলুনি ইবেম্মা, শামুনা তাল্লগা য়ারক্তা হোৎ-চিনবা নত্তনা করি উপায় লৈবগে ? লোৎফম লৈতে, হিংফম লৈতে। হুইরোইনা মাঙ্ থাত্নুনা পাম্ব কৈরেন চল্লিদো ; লোংনা তাবা উনা উপশিন্দুনা, উপ্পা তাবা উনা লোংথোক্নুনা থিরক্কনি। নাপী মোংশোং পূন্নমক পৌ নম্লকনি ইমা ইচাগী হিংফম লৈতে।

থবাতোন :—ফরে ফরে ইমা ! ইমাগী য়াথংদি ইগ্গরগে। ঐগী খুদোপ অত্নুদি ঐ নিজরগে ?

শকহেনবী :—ইহে, খুদোপ অত্নুগী রাদি ইকাওবু কাওই। খুদোপ অত্নু রাণীনা লৌহৌরে। মাগীদমক্তা জাম, হৈনৌ পুরকত্রি-বমখৈ ঐখোয়দা পীরকপা সনাসু, খুদোপ অত্নুসু থনমখো

হায়তুনা লৌহৌরে।

থবাতোন :—খুদোপতু করিগী লৌফম থোকই, কনানা হায়তুনা করিগী লৌহৌরিবনো ?

ফজবী :—ইবেম্মা নঙগী ননাও অসে ওন্থোক্লা পঙখ্রে। খুদোপ অতুনদি ফজেদো। হেক য়েংবদা মৈবুলদৌনা ইরং লংইদো খুদোপ অতৈগা থান্নবা য়াদেদো। ফজে হায়সন্নু হায়তুনা মথুৎনিংথৌদা শিরগা রাণী অতুদা উৎলুরিবনে। অতুদদি হাৎকে তুপকে ওম্লিবী রাণীনা মুলহৌরিবনিদনা।

থবাতোন :—নখোঙ্ পায়তুনা ঐগী খুদোপ নিজবদি কাওথোক্নুনা থম্বীরমই ; চৈগী চৈনা খাঙ্বা ওম্নোইদৌরতুনা রাণীতুনা খুদোপ অতু কৎলুরবোরে। য়াম্না ফরে।

শকহেনবী :—ঐনা উৎলুবা নত্তে ; উথিবনে উথিবা। পীয়ু হায়বতুদা পীদ্রবদি মমিং কোৎলু, শগোল শাজেনা কল্লু হায়রেদো। ইমানা মরোল অমা চৈবনে ; নঙনা মরোল অমা শাওবনে ঐ মফম খঙদ্রে। হনবীরক্কনিদি হায়হৌই।

ফজবী :—কৈদৌনবু নঙগী খুদোপ মহাক্না পামজরুগবনো ? মথুৎ অতুদা মণি-মুক্তা অঙাংবা অশংবা থাম্বা সনা খুদোপকী খুদোপ ভাক্তা পুমঙকপু ঙকই। কোন্নুংগী মীনি লাকইবসে ইমাইপেম্মা রাণীসু য়াওরক্লে। চৎসি চৎসি ( ময়ামগী শউম তায় )।

থবাতোন :—মফম অদ্দুদা মী অনি শুনা চংবা য়াদে, কনা অমত্তা লাকনু ঐ ইতোমতা চৎলুগে।

শকহেনবী ঃ -লাকইবা ময়াম অসে কনানা খামগনি, চত্তবা য়াররোই।

থবাতোন ঃ—ময়াম চৎপা তারগনা ময়াম চৎপা হায়বহুনি, ঐদি চৎলরোই।

শকহেনবী :—অঙম্বগী চৈরাক কিদবরা ?

থবাতোন :—অঙম্বগী চৈরাক ! অঙম্বগী চৈরাকপু লম্লক্কী শা-কৈশুম্না কনব্রা ? চীঙ্গোলদা চাকপা লম্মৈশুম থাব্রা ? ( ফজবীনা মচীন মেল্লি ), ( রাণী, মন্ত্রী, সেনা খনবা, গার্ডিয়ান চঙ-লকই। ফজবী মমা মচানা খুরুমই। থবাতোন উবদা রাণী মতু চুংই, চপ্ লেপ্পি থবাতোনদি থৌশাদে )।

রাণী ঃ—অসিরা থবাতোন হায়বীদো ?

ফজবী :—অহোই, ননাই অসিনি।

রাণী :—উম, থৌনা য়াম্না ফৈদনা—থবাতোন ! ( খুমক্রবদা ) ও ! মরোল থোক্কবী শা হায়বহু চুমহৈদনা।

ফজবী ঃ—রাজেশ্বরী, ননাইনা হঙ্গৎচরি। অচীকপা লোকমুং অহুদা মী অনি শুনা চংবা য়াদে। শগোল শামু অমদি মীনিলখোল তাবা য়াদবা মফম্নি হায়রি।

গার্ডিয়ান ঃ—অচুম্বনি রাজেশ্বরী, রাকচিংগী উনখাক হেনমনখিহুনা অরাংবা চীংদোন্দা উন মপৈ মপৈ পক্কনা লৈ। শউম অমতং ফংবদা কাস্থরক্কনি ; অহু ওইরবদি উপাল, রাপাল, তকথরক্কনি ; শগোল শামু মী ননখিগনি।

রাণী ঃ—অপংবা ইপু, হুইনা মপু চীকপরা ? ঐগী ইরমদা লৈবা চীংনা ঐবু করিগী ননগনি ? ঐ চৎকনি। হায়, (থবাতোন্দা)

লম্লকী শা, তুরেল্ কূমদবী য়ুম-লৈমা, রারক্তবী লমচৎ খণ্ডদবী, ঐনা নঙবু রারক্তনি। ( মখুত্তা পায়রিবা হণ্টর অহু ক্রং কল্লি )।

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী, ঙাকপিয়ু।

রাণী :—খঙলে, চৎলহৌসি ; অসি নত্রা ? হায় হন্নুবী লম্বী চিংউ। মীনিলখোল তাবা য়াদে হায়রবস্থু ঐখোয় কনা অমতা রা ঙাংলোই। তুমিন্না চৎকনি। মন্ত্রী শগোল শামু শামী-লাম্মী চৎলরোই। লম্বী চিংউ হন্নুবী ; রা ঙাংবা য়াদ্রবস্থু খুদোনবী থিন্দুনা তাকউ। ( মন্ত্রী থোকখি )

ফজবী :—ননাইবু ঙাকপিগনি ; লৈ শাৎফম, খঙলিবদি ননাই অপঙবী অসিতনি।

রাণী :—পুন্নু, ( সেনা খনবনা থবাতোনবু পুল্লি ) থৌরী লিতোন অহু পায়তুনা নমা নচা নখোয় অনিনা মপু নীংদবী হুই অহুবু চিংউ। ( থবাতোনবু ফজবীগা শকহেনবীগনা চিংখি—অতে মথং মথং ইন্নখি )।

[ লাইট ]

## ৭শুবা উৎপা

### ( অরোইবা মতাং )

অহুমশুবদা উৎপা চীংলক অতুনি।

( অরাপ্পদগী শক্তি শঙাই খোংবা তায়, থবাতোনবু চিংতুনা পুরকই। মখোয় অহুম্মক মখোঙ্ থাংবা থোকত্রে লৈতেম খজিক্তুং মান্নবা য়েংতুনা বোম বোম হাইথনরক্লে। নিপা অনিনা মখুৎ মপাম্বোম্না দোলাই ওইরতুনা, দোলাই অতুদা উষারাণীবু তোংহন্দুনা পুশিল্লকই। মফম অতুদা থাই। ইনক নক্লা গার্ডিয়ান, মন্ত্রী ইল্লকই, সেনা খনবনচিংবসু য়াওরকই, রাবনা রা অমতা ভাংনত্রে। )

রাণী :—করিগীনো ইপু, ময়াম অসি রাম্বুবগুম লৈরিবসে ?

গার্ডিয়ান :—( মরু-মুকথতুনা রানা ফম্লম্বদগী ) ননাইশিং অসি চীংশাং কারকপগা, অয়ুক্তগী থোরকপগা য়াম্লনা চোকথনরে।

রাণী :—কয়ামুক রারতুনা ?

গার্ডিয়ান :—অহোই, কুইদ কুইশিল্লক্লবদি দোলাই তোংবসু রাই।

রাণী :—লৈবাক অসিগী মপুবু ইপুবা নত্রগা ঐরা ?

গার্ডিয়ান :—ননাইগী ইরান্নি। রাজেশ্বরী, ঙুমিৎ তাত্রিবঁদো মকু খোংই; মখোঙ্ লাম্থোক্লকপদা কাক্লা লাক্লা লাক্লা খোংহোই। মনা খোঙলেঙলসি। মেলৈ লৈম্না শাৎপা মতম নত্তে; চীংদোন্দা ঈশিং লৈতবা মফম অসিদা থম্বাল শাৎপা হৌনদে। ঐখোয়না চৎকদবা মফমসু অসিরাই মঙায়রে।

রাণী :—রাখল্ পুম্নমক কোক্তা হাপ্তিল্লগা চিনবান্দা তপ্না হায়দোক্লকউ ইপঙ পঙগমু। চৎকদবা মফম য়ৌত্রি। মফম অহু য়ৌরবদি

মেলৈ শাৎলমগনি, পুথ্রী লৈরমগনি, জাম. হৈনৌ পাল্লমগনি।

গার্ডিয়ান :—স্নুমিং তারক্কদৌরে, চাননবস্থ য়াওরক্তে ; ইম্নফি য়াওরক্তে। চীংদা মতম অসিদা অহিং লেনবা খুদোং চারোই। স্না খোঙলেঙলসি।

রাণী :—হাঃ হাঃ হাঃ ( মছু ফাওবা থৌরাং তৌবা ওমদে হায়বগুম্না ) মছু ফাওবা—( সেনা থনবা ১/২ দা ) নঙ্‌ চৎলু নঙ্‌ চৎলু অতৈগীমক পুরকত্রবস্থ ইপুগী রাৎপা য়াদে। খোঙ্‌য়াংবা মীদা মনা চাওনা পীগনি। ( রাণীনা মখুৎ থিনবা অনিদো স্না য়াথং হায়রম্নগা থোকখি )।

গার্ডিয়ান :—স্না মিৎয়েং তাবিয়ু—ননাই থবাতোন অসি মখুৎ পুনশিনবিরে। মমাই অসি তাইফেৎ তাইখ্রে ; মচিনবাল গ্রক্‌ গ্রক্‌ কংখ্রে। অস্থপ শাংগ্রবা লমশাং অসি লাকপদা রা মচেৎ অমতস্থ ঙাংখিদ্রে। ননাই অসি থাদোকপিননবা স্না য়াথং !

রাণী :—থাদোকউ, মুপীমচা অমবু কনানা অস্থপ কুইনা পুল্লু হায়বগে ? ( গার্ডিয়ানগা মন্ত্রীগা য়েংনৈ, থাদোকই ) ইপু ! ঈশিং খোরাংই, ঈশিং থক্কে।

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী ঙাইহাক্তং থাঙবীয়ু। মফম অসিদা ঈশিং ফংদ্রে ; খঙদবনা হান্নস্থ থৌরাং তৌহৌদে। স্না খোঙলেঙলসি মফম্না মতম্না অরাৎপগী অরাৎপা ঙাক্তা ওইবা তারে।

রাণী :—কনাননো ঐবু ঈশিং থৌরাংহল্লিবসে ? (থবাতোন্দা) নঙননি নঙনা, ( মফি মরোল শেগাইবীরে শাওরে ) কদাই—তাকউ

মফম অদো কয়া থাপ্লি। ( মতম অসিদা অহল্ সিপাইদো থঙহৌদনা চংলকই। )

অহল ঃ—মাঙলে মাঙলে, রাজেশ্বরী!

রাণী ঃ—নঙস্থ মফম অসিদা—কমদৌনা করিগী?

অহল ঃ—রাজেশ্বরী, ননাইবু ঙাকপিয়্, থবাতোনবু কনবীয়্। নাপীগী মপান কৈনা তাং, কৈগী মপান নাপীনা তাং হায়বা রা লৈ। চান্নরগা ফংবা য়াবা, স্থ শিবীরগা ইফ-ফবা কয়ামুক লোত্তুনা লৈরমখিবা য়াই। থিরিবী মেলৈ লৈস্না উতংবীনা শাৎপনি। ফোইদৎলবদি কংখিবনা হাল্লগনি।

রাণী ঃ—ঐবু তম্বীনবা তাকপিনবা ওজা কয়ামুক থোরক্লে। (মখোয় অতৈদা) করি য়েংলি, ওজা অসি মচিন চুমথোকউ।

অহল ঃ—নত্তে নত্তে, রাজেশ্বরী চিশিল্লক্লবা মতমদা অমগা অমগা য়েংথিনরবদি অমনা অমগী মতেং ফংলরোই ; অপূনবগী পাঙল লৈররোই, ননাইদি মপু নীংজবনি, ননাইগী চৈরাক ইকোক থোংনা য়াজরি।

রাণী ঃ—আ হাঃ হাঃ হাঃ ওইবা য়াই, ওইবা য়াই। অপঙবা, লৈবাক অসিগী লাইরেম্বীদি ঐনি ; ঐবু নীংগদবনি। পুন্নমক ঐনা হায়বা ইনগদবনি। হায়্য় কদাইদা লৈরে পুথ্রী, কদাইদা শাৎলে। থরো-থম্বাল?

থবাতোন ঃ—রাজেশ্বরী!

রাণী ঃ—আঃ রা ঙাংলেদনা—

থবাতোন ঃ—রাজেশ্বরী, স্থমিৎ তাথ্রবদি খুদোংথীবা কয়ামুক থোক্লকপা

য়াই। খুদোংথীবা নংত্রিঙৈদা স্না কোম্নুংদা মুংঙাইনা পোখা-বীহৌবনা মুংঙাইগনি। লৈবাক্কী নিংথৌ-রাণীনা ল্যায়র-অনংগী অরাবসে পুবা হৈনরোই।

রাণী :—উম, অতুগুম্বা নাপল—হায়ৱু মফম অতু কদাইদনো?

থবাতোন :—মফম অতু য়াম্না তামথ্রে য়ৌবা ঙম্লরোই।

রাণী :—উশিত্তবগা লোয়ননা ফাগী! ঙরাংতা লাওথোকখিবা পাও ঙসি অমুক য়ৌরকই, কৈদৌঙৈ হেকলুবা লৈনো? ঙরাং নত্তরা?

থবাতোন ঃ—অচুম্বমক্তি রাজেশ্বরী, ফাগী নৎচদে, ঙরাং হায়বতুদি য়াম্না লাপথ্রে, অমুক হন্না ফংবিররোই।

রাণী ঃ—( মথন্তা প্রোক্ প্রোক্ চাক্তুনা ) রাগী ব্রা চুম্না ঙাংউ। ঐনা ঙমগে নীংলবদা ঙম্লোইদবা করি লৈ? অতুমকপু ( থেমত্থনা ) মফম অতু তাকউ নশা পূম্নমক সনানা য়োমগে। ঐগী খুদোপশিং অসে অমমম্না মী অমগী মমল্ হেনবা ঙাক্তুনি। হায়ৱু—করম্বা পামই? নঙনা পাম্বা অমা খল্লু।

থবাতোন ঃ—ঐ অমতা পামজদে। সনাসু লুপাসু পামজদে।

রাণী ঃ—নিংথিনা হায়রিঙৈদা য়ারবদি কৈ য়াদ্রবদি নহাক্কী অফবা নত্তে। হায়ৱু, নঙনা পাম্বা অতুতা পীগে মফম অতু কদাইদনো?

থবাতোন ঃ—রাজেশ্বরীনা চানবীতুনা পীবিগে তাকপিরিবা খুদোপ অতু ঐ পামজদে। ননাই ঐঙোন্দা ঐগী খুদোপ অতুতদি ফংহনবিয়ু।

রাণী ঃ—করম্বা খুদোপ? ( ঙকই )

থবাতোন ঃ—ঐগী ইচে অসিদগী লৌবীখিবদো।

রাণী :—অপঙবী, খম্থৌ, করি খুদোপ ?

থবাতোন :—অপঙবীনি ননাইদি, অহুবু ননাইগী খুদোপ অহু নত্তনা অতে অমতা পামজদে।

রাণী :—নঙগীহুবু কোরিরা, মিশিরা, সনারা ?

থবাতোন :—সনা, লুপা, কোরি, মিশি নত্তে। রাজেশ্বরীদদি মমল্ য়াওব্রবা, ঐঙোন্দদি থরায় ওইরবা খুদোপনি। ওসি অয়ুক ঙ্মা কোম্নুংদা ইচেদগী লৌবিখিবদো অহুতমক পামজে।

রাণী :—( রাখল অমা ফংলহুনা তুমিন্না ঙাইহাক লৈরুরে, হন্নবীহুগী মমাংদা মথুৎ তিংথোকই ) কদাই, কদাই, হন্নবী খুদোপ পুথোক্লকউ। (খুম্নকত্রবদা শগোল শাজে ক্রং কন্দুনা) কদাই।

ফজবী :—ইমাগী ইবেম্মা শকহেনবী—য়ুমদা থনম্লব্রনে ?

রাণী :—কনাগী শকহেনবী ; চৎলু হৌজিকনক চৎলু। নয়ুমদগী লৌরু ; হল্লকত্রবদি নচান্নপী মিৎকুৎপি পাজোম্বীসে অঙাং ওনগ্রে খল্লু।

শকহেনবী :—ঙ্মা নোংদম তম্বীগনি। ননাইনা পুজরকই, সনা খুয়া খাদা কৎচরি। ( পী লৌই )

রাণী :—( য়েংই ) কজে নিংথিজে, ( থবাতোন্দা ) কদাইদগীনোসে ?

থবাতোন :—ননাই ঐগীনি।

রাণী :—( চিংননা ) নঙগী উম, সে, সে, লৌরে। ( পীগে তৌই, লৌগে তৌই ) ঙাইখো—মকম অহুদি তাকপা তাই।

থবাতোন :—মকম অহু ঐ খঙজদে।

রাণী :—পামদ্রবোইরবদি হুন্দোকথ্রগেকো—সে-সে অমা, অনি, অহুম ( লংথোকথ্রবগুম্না তৌশিন্নৈ। )

থবাতোন :—'ও ! ঐগী খুদোপ ।

রাণী :—হংশাদি থীবোরে ; হুন্দোক্কেয়ে ; পীরগে সে, হায়রো ; খুমদে—করিগী খুমদে ?

গার্ডিয়ান : –রাজেশ্বরী, খুমদবা অসিনা খুদোপ অহ্ মমল্ য়াম্না য়ামই হায়বা তাক্লি। মুপীমচা অসিদা পীথোকপিগ্রো, স্না কোন্নুংদা হল্লসি। ননাইনা অস্নুম্না হঙ্গৎচবগী ইরালস্মু ঙাকপিম্মু ! মতা চান্দ্রবদি ননাই ঐখোয় খুদোংথীবা নংবস্থ য়ারি ।

রাণী :—চাক্না ঐগী চারগা রানা অঙাওবী অসিগীদমক ঙাংলি । হায়ম্ন থবাতোন মক্কম কদাইদনো ? হন্নকমুক হংলিবা অসিদা হেক মতাকত্রবদি খুদোপ অসি লংথোকখিবতা নত্তনা নঙবুস্থ লোকখা অসিদা ইস্থগদবনি। তাকত্রেদনা নঙ্ ঐবু মশক খঙদ্রি, লৌরোসে খুদোপ ; (নাকল অমদা লাপ্না হুন্দোকগ্রে ।)

থবাতোন :—( কপ্না কপ্না )—'ওল্লো ওল্লো খুদোপ য়াইওইবা
কৌরক্লো ইবুং ভরানিথোই
শজিবু কালেন ইঙা ইঙেল
থোকহল্লো ঐনা নীংলিবসে
( খুদোপ তান্নবগুম চেস্থোকখি )

রাণী : – থবাতোন, থবাতোন, ( তান্নগে তৌবদা খঙলেপ লেপই, খঙহৌদনা পৃথিবী থুগাইরগে মতাগুম, নোং খাক-লাওরকই, মুংশিং শিংলকই, ঙাইহাক্কী মঙ্গুথদা কিরহুনা 'ইপু, ইপু' হায়হুনা চেনশিল্লকই, লাও-খোংবা ফগ্রে, ঙাইহক্কী মঙ্গংদা ওমচাকরহুনা হায়রকই ) ইপু হুমাং শৌরে, ( মশ'দা থোংলিবা ফি মথৈ লংথোকই, গাডিয়ানস্ত লৌথোকুনা থমই )

ইপু, নোং চুদোরে, ছাতিন ছাতিন।

গার্ডিয়ান :—হৌজিকপো ঐখোয়দি ছাতিনদি পুস্থ পুরক্কনা।

রাণী :—য়েংউ ইপু, ( ইঙক ঙক্লা ময়ামস্থ ঙক্লা ) অকংবগুম্না হৌরম্বা উ-পান্বী পূম্নমক ঙাইহাক্তদা য়েম্লিং হুল্লে ; মনা পূঙলে, য়েংউ য়েংউ ইপু, উ কারোং থুদিংমক্তা মেলৈ লৈস্না ফুগাইনা শাৎলে, মাঙদা লৈরিবসে পুথ্রীনি ; মানি থরো থম্বাল শাৎলে, ঙাম্নু থঙ্গোং চাক্তারে ; লাওনে ইপু ( গার্ডিয়ানবু চিংখি )।

ফজবী :—(মচা শকহেনবীদা) ইবেম্মা হৌগৎলু ; ইমা ইচাগী থরায়তদি হিংননবা চেলহৌরসি ( শকহেনবীদি ফজবশিংহ্ উহুনা জ্ঞান অহুম মাঙথ্রে, মমানা মাগী শাগল্ পায়হুনা চিংখৎলি ) হৌগৎলুনে মুপীমচা, কৈ:দৌরগে নঙবো ? ( মচানা মমিৎ কুপ্তবা উবদা ) শকহেনবী, ইমাগী ইবেম্মা শকহেনবী, কৈদৌ-রগেনে ইচাবো ?

শকহেনবী :—( ফুক্ হৌগৎতুনা মমাদগী তুংহন্ননা চখোকই ) ঐবু শোকহ্ন—নঙদি ঙাওরবনি, ঐ চেল্লে, নঙ্ ঐবু তাম্লৌ, নঙ্ অসোমদা চৎলু, ঐ অসোমদা চৎলে, কৈদৌঙৈ থেংনবগে য়েংসি—( নাকল অমদা চৎলি )

ফজবী :—( মুংশাথীরে ) শকহেনবী, ইমাগী ইবেম্মা।

শকহেনবী :—ইমা ; কনাবু ইমা, কনাবু শকহেনবী, চেল্লো চেল্লো হিংননবা চেল্লো—থবাতোন চৎথ্রে, ঐস্থ চৎলে ঙরাং ওইরম্মী, শঙ্গু অমতগী চেক্লা, কনানা মপা, কনানা মমা, কনানা মচা, অ-হাঃ হাঃ হাঃ তাও তাও ঐবু কৌরিবসে ( চেনখি )

ফজবী ঃ—শকহেনবী, ইমাগী শকহেনবী—( তান্নখি, নাকল অমদগী মিরবা, তাম্লবা ঈশৈ অমা তাই, ঈশৈগী তান্থাহ্নদা হেন্লোই অমা জগোই শাগুম উরে, রাণীবু মথুং হৎতুনা কৌরি )।

ঈশৈ ঃ—　লাওনে চৎখিন্নু ফংলোইনে অপাম্বদো
লাও-ও লাও-ও
পেন্দবা, অপাম্বা কল্লক মিহৌনা
মৈচম্লে মৈচম্লে
লৈবাক লৈমা মৈহৌরে, নোংমদোন অতিয়া
মৈরাইরে।
লাওনে চৎখিন্নু, ফংলোইনে অপাম্বদো
লাও-ও লাও-ও
মৈরানবীগুম চোংশিল্লে থরায় মঙা থারনি
অশাওবনা তরং মালংলে, নিংথৌ কোন্নুং
লুপখিদোরে
লাওনে চৎখিন্নু ফংলোইনে অপাম্বদো
লাও-ও লাও-ও

মায়কৈ তরামক লাংনি, নাম্থোকপা য়ারোই কৈদৌঙৈ
ফংগে নীংবা ফংহৌরোই, উনা উনা মাঙখিনি ;
হৌরকফমদা চংগনি, কপ্পা কপ্পা চৎকনি—
লৈহৌবনা নোকহৌরি, কয়া কুইনা নোক্কনি
লাওনে চৎখিন্নু, ফংলোইনে অপাম্বদো।

( লৈ-চরোং অমা মমাংদা নেমতক্লা পাইবগুমই, লৈ চরোং অহু রাণীনা তান্নরকই ফংবগুম ফংদবগুম লামই, লময়াই য়াউঁরকপদদি জগোই শাবী হেলোই অহু উহৌই, হেলোই অহুনা মখুৎ খৎতুনা কৌই। খঙলেপ লেপই, কিবা হৌরক্রে, মহাক্লা ওকচানরিঙৈদা লৈচরোং অহুসু অহুমক য়াম্বনা লৈ, লৈচরোং অহু পায়গে হেক তৌবগা লৈচরোং অহুদি পাই-থৎখিহুনা তপ্না তপ্না অরাংবা উ কারোং অমদা শাৎগ্রে। লৈচরোং অহুবু পাম্বনা থৌরাংনা য়েংই। মফম অহু উন-রাইমুক চীকগ্রে. ঈংবনসু তরৎ তরৎ চিংলে, কিবনা মায়কৈ থুদিংমক কিরু কিরু য়েংলে, কনা অমতা লৈত্রে, মতম অসিদা মাযকৈ অমদগী লাইরেম্বী অমনা অচীকপহু থুগাইহুনা নোক্লকই )।

লাইরেম্বী :—ইঃ হিঃ হিঃ হিঃ মীশা চানিংই, মীহিং নমই।

লাইরেম্বা :—আঃ হাঃ হাঃ হাঃ লাকইবসিদি নঙগী নত্তে, ঐগীনি, উম চারগে, উম চারগে। ( অতৈ অমা ওইরম্নবদি রাম্বহুনা শিখিবা য়াবনি, মাদি থৌনা মফৈ, মমায় অহু মখুৎনা খম্বনা থাওই, খুৎ-চা মরক্তা মমিৎনা হুরান্দুনা করি লৈবগে য়েংলকই, মতম অহুদা অরাংবদগী অনেম্বা তাখিবগুম্না য়াম্না মওং কায়রবা খোম্হোক অমা তায়, মহু শকহেনবীগী খোপ্পেলনি—মপান্দনি ) — আ — — — —

ফজবী :—( লাউখি ) শক-হেন-বী — ! (মপান্দগী লমহুই খোংলকই উঃ উঃ কিরবা মতম অসিদা গার্ডিয়ান তপ্না তপ্না চংলকই, নক্লা কৌই )।

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী !

রাণী :—( খংই—কিরুবদগী হন্থরকই, স্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লম্বদগী শাংনা হোন্দোক্লকুনা ) ইপু, ঐ নিংথম্বনা থক্ থক্ নীক্লে—কদাই ঐগী কিশিং অদু পীয়ু।

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী, ননাইস্থ রাখল অদু লাকুনা কোইথি থিরুবনি, মুংশিৎনা হুমগ্রবরা, কদোমদা কদাইদা লৈগ্রবনো থিবা ফ দ্রে। রারৌবীমু রাজেশ্বরী, লৈ চরোং অমতং হেক্কে হোৎনবদা ফিস্থ মাঙগ্রে, লৈস্থ উনা উনা হেকপা অমতা ফংজহৌদ্রে।

রাণী :—( রাখল চোইরকই, মী তাখিগনি মতাগুম য়াম্না চ্যেকশিন্না হায়রকই ) কদাইদগী লৈ ? লৈ নত্তে, হেলোইনি, লন্নৈমনি। ঐখোয়বু মাঙহনগদবগী মফম অসিদা পুরকইবনি। (শাওনা) কনা সৈ ? কনা লৈ ?

গার্ডিয়ান :—সেনা খন্বা কনাস্থ লাক্লরোই ; ননাইশিং অদু ঙম্নমক লম্মাংনখ্রে।

রাণী :—কোম্বুংদা চৎখিবা মন্ত্রী হৌজিক ফাওবা করিগী লাক্কে ? মখোয় খোৎ-খোৎপা হয়েং মুমৎ থোকত্রিঙৈদা অঙাং ওল্হনগদবনি।

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী, স্না মিৎফম চোইরে, মুং-পান ওন্না উজরে ; স্না মায়থোং লাংশিন্নে, চিনবান তাইফেৎ তাইরে। ননাই থৌগঞ্জরগে লেঙভ্রাস।

রাণী :—কনা লৈ ? কমা লৈ ?

গার্ডিয়ান :—স্না য়াথং—

ফজবী :—( কপ্পা কপ্পা ফিংনা ) রাজেশ্বরী, ঐগী অমতা ঙায়জবী ইচাদো—

রাণী :—ইপু-ইপু, মমা ফজবীগী মচানুপী শকহেনবীদো !

গার্ডিয়ান :—অহোয়, মাগী লাইবক থীবনা ঙাইহাক্কী মন্নুংদা রাখল চোইরক্নুনা অঙম্বা লোকচপ্তা ওন্থত্রে। তাইবংপান লান্থোকখ্রে।

রাণী :—যারোই, মত্থু য়ারোই, ঐগী য়াথংনি। ( ফজবীদা কোইরৈ লৈনা য়েংত্থুনা নোক্লকই ) আ-হাঃ হাঃ হাঃ ! ( শকফম হক্ত্রিন্দুনা ) নচানুপী শিববা ? নঙদি হৌজিক ফাউবা করিগী হিংলি? নচানুপী শকহেনবীদো মকোক সনা য়োমগদবনি, সনা লনগৈ লুপা লনগৈ পীগদবনি। নঙদি তাউবা হুইগুম্না মপু নীংত্থুনা লৈগদবনি। হুইনা মপু উরগা মমৈ ফেৎ-ফেৎ হাইত্থুনা লৈবগুম, নঙবুসু ঐনা মতৌ করম্না মপু নীংগদগে হাযবত্থু তম্বীখিগনি। কনা লৈ—হন্নুবী অসি মঙক্তা হুইগং থাংউ, যোন্থোক্লবা তাউব হুইগুম শোরোক য়াংবীথক্তা চিংউ। চেল্লো ইপু, নথরায় হিংননবা চেল্লো, তাইবংপান মথক মথা ওন্নরে।

গার্ডিয়ান :—লেঙঙসি লেঙঙসি।

রাণী :—ঐদি করিগী চৎকনি। লৈবাক অসিগী মপুনি। প্রজা পুন্নমক্কী মমানি, মপানি। নিংথৌ-রাণীদি ঈশ্বরগী শায়োন্নি। ( কপত্থুনা ) অত্থুবু নিংথম্বদা ইন্নবা ফি মচেৎ অমতসু পুথোকপা ঙমদ্রে। মৈ হৌগৎত্থুনা নিংথম্বা কোকহনবসু ঙমদ্রে। ঐগী য়াথুং চত্রে, ঐগী ইপাঙ্গল লৈত্রে। চেল্লো ইপু তাইবংপান

অসিদা হিংত্না লৈবগী কান্নবা ফংদ্রবদি হিংদবনা ফরে। ঐনা ঈশ্বরগী শাইয়োন ওইরবদি মৈ থোকউ থোক্কদবনি ফি থোকউ থোক্কদবনি। হুমিৎ, থা, থরান্মিচাক পূন্নমক নোংচুপ্তগী থোকলকউ নোংপোক্তা তাও তাগদবনি। ঐ রাণী নত্তে, উরব্রা ইপু অহাঙবা অতিয়াদা মি অমনা মিরাং শারিবসে? মি অসিনা অহাঙবা অতিয়াগী হুংশিৎ চাগে হায়ত্না অহাঙবা অতিয়াদা মিরাং শাবা নত্তে। উরব্রা ইপু—অতিয়াদা পীকথ্রবা উচেক অমা পাইরিবসে—উচেক অসে, তাইবং মীগুম্না রাখল খনবা হৈবস্থ নত্তে। রাখল খনবা হৈবা তাইবং মী মরক্তা রাণীস্থ ওইরবী ঐদি উচেক অসিগুম্না পাইবস্থ ঙমদে। ঈকায়জে, তাইবংপান্দা মায় উৎলরোই। মায়খুম্বী উপত্না অচৌবা শাত্না, অঙম্বা শকুনা, নাপলনা মাঙওইনত্নুনা লৈরম্লিবা ঐ অসে মীগী মপান্দগীনি। নথোয় পূন্নমক্তা ওইজবা তান্দুনা ঐঙোন্দা চিরোন তম্বীবদগীনি। মত্নগী মহৈনা ঐনা ঙসি ফংলিবসিনি। চেল্লো ইপু—নথরায় হিংননবা চেল্লো—(নিংথম্বনা ময়া ক্রক ক্রক চীক্লে) য়েংউ, অমস্থ লাক্লে। (ফজবীদি মচি অমদা রান্থবগুম লৈখ্রে।)

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী, সনা খোঙলেংলসি ; হুমিৎ তাশিল্লকলে। ঙাইহাক্কী মমুংদা লম্বী উরক্লোই।

রাণী :—করিগী উদনি; পুক্লিংনা নীংলবদি অমম্বদা অঙানবা ঙাক্তা ওইগনি।

গার্ডিয়ান :—ভস্তানা কোম্নুং য়োৗহৌবনা খুদোং চাগনি। স্না হকচাং য়াম্না হুংঙাইতনা উজরে। ননাই ইপু থরায় রাজরে।

রাণী :—অমম্বা অহিং লৈররোই। অতুম ওইনমক ইপুদদি অঙানবা লৈররোই। য়াররা ইপু, শাৎলেদনা থরো থম্বাল, মেলৈ লৈন্না মতম মত্তে খক্ হায়গনু।

গার্ডিয়ান :—মনাই ইপু য়াজরে ; মতম নত্তনা থরো থম্বাল শাৎলে হৌনদে অতুবু শাৎলে। অতুমকপু থোইদোক্লা ঙকপা নত্তে। পৃথিবী মফম থুদিংমক্তা ঋতু তরুকমক চপ্ মান্নবা লৈ। করিগুম্বা মফমদা নিংথমথা ওইরবসু করিগুম্বা মফমদা ওলাংথা ওই। চিংনদবা য়াদবা অমনা শুমাং অমতদা ইথোল অমতদা অচিক-অশা মান্নদবা অসিতগী রানি।

রাণী :—খঙলে নখোয় পূন্নমক তমথীরবা মী ঙাক্তমি। রাখল্ খন্দবা মী ঙাক্তনি, ঐবু মাঙহনগদৌবগী শরৌ শীন্নবা ঙাক্তনি। চৎথ্রো, চেনখ্রো হিংননবা চেনখ্রো। য়েংউ মফম অসি ফজদ্রা ? হৌরিবা উপাল রাপাল পূন্নমক তুমিন তুমিন্না লৈরি। ভামনা অমগী মতেং পাংলি। উতাংবীনা উপালদা তাংজরি, উরী-রারীনা য়েৎশিন্দুনা উতোল রাতোল কয়াসু মমায় হাইগৎপা ঙমদহুনা খাংলি। লম্লকী শা-উচেক পূন্নমক মখোয়গী মরুমদা কয়াদা হরাওনা শান্নরি। নখোয়না শেম্বা কোন্নুং অত্তুদা অসিগুম্বা ফজবসি অমতা লৈতে। তাংজফম করিসু লৈতে। (ফজবীদা) চৎথ্রো হিংচাবী, হৌজিক ফাওবা করি য়েংলি ? ঐ মফম অসিগী রাণীনি, মসি ঐগী ইম্নুম্নি, মসি ঐগী লৈফম্নি, মসি ঐগী শান্নফম্নি। নংগুম্বী শাদগী হেন্না তমথিরবী হুপীগী লৈফম নত্তে। ফরে তোক্লো, নখোয় লৈহৌরো, ঐ চেল্লে—

গার্ডিয়ান :—মাঙলে মাঙলে, রাজেশ্বরী !

রাণী :—অঃ হাঃ হাঃ হাঃ নখোয়না ঐবু তানবা ফংলরোই—( চেল্লি ) ( রাণীগী মতুংদা গার্ডিয়ান্না তান্নরকই—রাণী খঙলেপ লেপই শজিবু থা অহু হাউফী ইল্লহুনা মমাংদা চপ লেপই )।

শজিবু :—লৈবাক্কী মবেম্মা, রাজেশ্বরী—অপাম্বা কল্লকপা মিহৌবনা য়োমশিন্দুনা রাখল চোইররুব্রা ? অস্পুপ ইংলবা মতম অসিদা হকচাংদা ফি অমতা থোংদনা লৈরবদি শিরগনি। তপথবিয়্ম তপথবিয়্ম। ( ইল্লিবা ফি অমা লৌথোক্কুনা পী )।

রাণী :—( ফি অহু লৌহুনা ) ফি অসি ঐঙোন্দা পীথোক্লব্রা ? মুংঙাই-রেদা—ঈশ্বরনা নঙবু মুংঙাই য়াইফবা পীসম্নু। ( ইল্লি ) ( ইংগ্রবা মতমদা লুম্বু লুম্বু শাবা ফি অহু ইনবদি মুংঙাইমন-খিহুনা ঙাইহাক্তুং মমিৎ উইশিন্দুনা মুংঙাইবা ফোংদোকখি, গার্ডিয়ান্দসু ইল্লিবা ফি অমা পী, গার্ডিয়ানসু লৌই ইল্লি )।

গার্ডিয়ান ঃ—ঈশ্বরনা থৌজানবীসম্নু—( তুমিন্না লৈখি )

রাণী :—( মমিৎ থংপাং পাঙলক্কুনা ইল্লিবা ফি অহু ফ্রং হাইদোক্কুনা অমুক হন্না রাকচীংদা পীখ্রে ) ঐ করিগী ফি অসি ইনগনি ? নত্তে, নত্তে, ঐ অসিগুম্বা ফি ইনগদবা নত্তে।

শজিবু :—লৈবাক্কী মবেম্মা রাজেশ্বরী, করিগী অহুপ শাওবীবনো ? ঐবু চীংদা তোংবা মীনি হায়হুনা করিগী অহুপ হঙোইবীবনো ? ঐগী ফি অসিদি মমল য়াম্বনিনা। অসিগুম্বা ফিদি অমুকসু ফংলরোইদবনিনা।

রাণী ঃ—হেলোইগী হেলোই, ভুটকী ভুট, চীংদা তোংবরা নত্রগা চঁম্ফ

অসিদা তম্নবা লাইরা ? মানি, নঙ্ মফম অসিবু শেনবা উমং লাইনি। নঙনা ঐবু ফি অসি ইল্‌হন্দুনা ঙাওহনগে শেল্লি, নত্রা ? লৈবাক অসিদা ঐনা ঙমদবা করি লৈ ? হয়েং কোম্বুংদা লাকউ, ফিগে-ফিরাং ঙাক্তা পীগে।

ব্রাকচিং ঃ—কুম্লাং চুপ্পা শূদ্রবা ঐগী ফিসিদি কোম্বুংতুদা লৈরম্লোইদা। কোম্বুংতুদদি হায়রুম্ম — তাইবংপান অসিদা ঐনা পাম্বা অমতা লৈত্রেদা করিনা হায়ববু ঐনা পাম্বা অদো থীরগম্মু ফংদে, মমল পীতুনা লৈরগম্মু ফংদে, অতুনা ঐ করি অমতা পামদবনি। কোম্বুংদা হনবীরো রাজেশ্বরী, হেঙ্গিনথ্রবদি শিগদবদো পাম্মুইকো !

রাণী ঃ—কনা লৈ ?

ব্রাকচিং ঃ—মফম অসিদা কনাম্মু লৈররোই য়েংউ লাক্লিবসে থবাতোন্নি। মফম অসিদা লৈবা হায়ববু মহাক মঙায়রে। ( থরো-থম্বাল, মেলৈ, জাম, হৈনৌনচিংবা ফিগাও থন্না কোপ্লতুনা মমায় তঙাং-তঙাংনা অরৈবা অতুতনা কেরতুদা চংলকই, হরাওনা ঈশৈ শরুকই )

অঃ হাঃ হাঃ হাঃ
নিঙতম্মা পাইরো মালেম লৈকোই থুংনা
পোম্বী চেক্লা পূম্নমক পাইরো পাইরো—

( থবাতোন উবদা রাণী পূমঙক ঙকথ্রে, মমিৎ মনা চপ্ শ্লুংথ্রে, শংত্রিক য়েংতুনা লৈরে। য়াম্না ব্যবহার তৌনা রাণীদা হায়জে )

থবাতোন ঃ—( ঈশৈ খঙলেপ লেপতুনা ) রাজেশ্বরী লৈজরে, থরো,

থম্বাল, মেলৈ হেকচক্লরে, জাম, হৈনৌ—( লানশিল্লি, লৌবা গুমদ্রে, তুং হন্না হন্না চৎলম্লগা রাণী অদো মথন্তা রান্থরে। )

গার্ডিয়ান :—রাজেশ্বরী—ও ! রাজেশ্বরী ( কোনশিল্লি )

থবাতোন ঃ—য়াম্লুং রাজেশ্বরীবু কনবীয়ু।

শজিবু ঃ—থবাতোন মুমিংকী অকোয়বদা পৃথিবীনা কোয়রি। পৃথিবীগী অকোয়বদা থানা তান্ন-তান্ননা কোয়রি। খোঙচৎ অসি হেক কায়বদা তাইবং মীদি হায়রুন্নু তাইবংপান লৈররোইদবনি। অপাম্বা কল্লকপা মিহৌবগী চক্লনা তাইবং মীনা তাইবংপান মাঙহনগদৌরি। রাণী অসিস্নু অমনি। অসিনি মীওইবগী পুন্সি। ফংহনস্নু পেল্লরোইদবদো অমুক তাল্লুরগনু—ফংলোই থবাতোন ফংলোই ( মমায় লৈহনা চৎখি, থবাতোন তুমিল্লা লেপহৌই। )

---

লোইরে।

